শরৎ চন্দ্রগী

# অনৌবা যুম্ফাল

বসুমতি

# অনোবা য়ুম্মাল



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

ছন্দোকচবা

রঘুমণি

থোংবী—
এল: দেবজানী দেবী
ব্রহ্মপুর, বরাবুর।

শেমদোক্রবা থুংনব ১৯৯০ ইং
কোপী মশীং ১০০০
মমল লুপা



মখুম—
দেবলা প্রেস,
পাওনা বজার, ইম্ফাল।

ফংকুম—
দেবলা বুক স্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# অনৌবা য়ুম্বাল

## অমা

ঋাৰী অসিগী নায়ক শ্রীযুক্ত শৈলেশ্বর ঘোষাল মুপী শিগ্রবা মতুংদা অমুক হৈমা য়ুম্বান্নবগী ঋাহৌদোকমক্তনা করিগুম্বা মরুপ কা বুগী মকমদা থোইদোক্লা মও: অমদা ঊকাইবা নংলমত্রবদি ঋাৰী মচাসিগী শক্তম অমম্বুং মচু ওনখিহুনা কদায়দনো তারম-গদবনি, মচু আন্দাজ ভৌবা ফাওবা লুই। মরম অহনা ঋাহৌদোক অহুগী মরম বরহু তমহৌবা দরকার ওই।

শৈলেশ্বর কলিকাতাগী মখিং চংপা কোলেজ অমদা দর্শন (ফিলোজোফি) গী ওজানি, বিলাতি ডিগ্রী লৈ। তলব লুপা চানিপান্নি। মশাগী চহি কুন্থ্রানিথোই ওয়ে। থা মঙারোমগী মমাংদা চহি মাপলগী মচানুপা অমা থনম্নগা মুপী শিখি। অহল-লমম হাক্তুগী কলিকাতাগী পটলডাঙ্গাদা লৈয়কই; ইমুং অহুদা মচানুপা অহু নতনা বিয়ারার, বাবুর্চি (মুসলমান চাকথোংবা)

শগোল শেনবা, কোচমেন অসিনচিংবা চাউরাক্লা মীনাই ত্তরেং-নিপাল লৈ।

অহানবদা লুহোংবগী থোইনা আশা অমুক লৈরমদে। মসি মশানা তাবনি। অহুবু হৌজিক্তি পায়রক্লে। মসিদসু অনৌবা লৈত্তে। হৌজিক্তা খঙলি, ভবানীপুরগী ভুপেন বাঁড়ুযোগী মচানুপী য়াইমা মেট্রিকুলেশন পাস তৌরে অমসুং মহাক য়েংবদা ফজে। অসিগুম্বা খঙনিং-উনিংবনা লাংতক্লবদি মপুং ফানা অর্থ থোক্তবনি অহুম ওইরমক নুমিং অহুগী সন্ধ্যা মতমদা শৈলেশ্বরমকী মী উয়রম কাদা চা থক্লুনা ময়াম কণ্মিররিংঙদা রাকম অসি হৌদোকরকই। মহাকী মরুপকী কাংলুপকী মক নত্তবসু ত্তলব য়াম্না চাদবা স্কুলগী পণ্ডিত ওইবা নুপা অমা য়াউরি। চাগী মহাওগী ময়াই মঙোন্দগী ত্তলব চাউনা চাবা প্রফেসরশিংনা হেনবা নত্তে। ঙাওরি ঙাওরি তৌবা মীওইনি হায়রহুনা প্রফেসরশিংনা মহাকপু দিগগজ (করেম্রহুনা অপঙবদা মহাপণ্ডিত হায়না কৌবনি) হায়না কৌই। মহাক অক-ফত্তা খন্দনা য়া ঙাংই, মহুগী দায়িত্বসু লৌদে। দিগগজ মশামক ইংরাজী হৈত্তে, নুপীশিংনা একজামিন পাশ তৌরে হায়বা তাবদা মহাক হেক্তা মৈ হৌরকই। ভুপেনগী মচানুপীগী মরিদা খঙহৌদনা মহাক্লা হায়রকই, "মৌ অমনা তাম্থোক্লে, মৌ অমনা চাথোক্লে, অহুগা অমুক লুহোংগদৌরিবা? করিগুম্বা য়ুম পানগে হায়রবদি উমেশ ভট্টাচার্য্যগী মচানুপীহুগী মরাল করি লৈবগে হায়য়ু তাসি। য়ুম লিংগে হায়রবদি মাগা লিংউ।"

ভদ্রলোকশিংদি কনাম্ভু করিম্ভু থঙদে, মখোয় চঙক্লগ্রে। দিগগজনা হায়রকই, "মরাইবক থিরবী অহুবু করিগুম্বা ঈশ্বরনা চানবিবা থোক্লবদি মহাকমকপু য়ুমদা পুলিল্লকউ— অমুক হন্না অতোপ্পা অমা লুহোংবিরোইদবনি।"

শৈলেশ্বর মপামক্লম্ভু করিগুম্বা মওং অমদা শাউনিংবা কাথরগা হায়রকই, "কেন্না, মাদি অঙাওবনিদে, দিগগজ।"

কনাগুম্বনা কনানো অমদগু ওইরবম্ভু অঙাওবা হায়রবদি দিগগজগী অক-কন্তা জাদ হেক্না মাংখি ; মহাক্না কিঙ্গংনা শাউনা হায়রকই, "অঙাওবা ঙাক্লনি! ঐবুম্ভু মীনা অঙাওবনি হায়, —মহুনি হায়রুনা ঐ ঙাওরব্রা ?"

মমাম পুমুমক থোক্লেল হৌনা নোক্লকই। অহুবু মহুনি হায়রুনা রাকমহু ফুমজিনখিগ্রে। নোকপা লেপ্লবদা শৈলেশনা ঈকাই ঈকাইনা থোদোক্তু শন্দোক্না তমহুনা হায়রকই, "ঐগী পুন্সিদা মহু unfortunate ওইরবা থোদোক অমনি। বিলাত চংব্রিবগী মমাংদা ঐ লুহোংই, অহুবু ইকুথোকা বাবাগা করিনো অমগী শাথীনা নিংঙাই-শংদানখি। অহুদা নত্তনা মাথা থরাপ ওই হায়রুনা বাবানা মাবু য়ুমদা কাওবা থমখিদে। ইংলেণ্ডদগী হল্লকপদগী মাগী মশক অমুক উবক্লি।" অসি হায়রগা শৈলেশনা নমহুনা ঙাইহাক নোকশিন্নবা হোৎনরগা হায়রকই, "ভারিবন্না দিগগজ! বুদ্ধিজাও! অহু নত্রবদি মখোয়না থারক্লবা অমুক্লম্ভু হোৎনরক্লোইদ্রা ? চাগী সভাদা চংলকপা অমুক্তা উথিব্রি, অহুবু মহাক তশেং তশেংনা লাকপগী আশা অসি অমুক তৌররোই।

গঙ্গাজল নত্রগা শঙ্খ খিকপগা লোয়ননা নখোয় পুম্নমকপু "তাম্বোক্পুনা চংহনগ্রবদদা গ্রহণ থাবগনি, নোটিশ অসি নখোয়দা হায়না পীহৌরিবসিনি।"

দিগগজনা ইচং থৌনা হায়রকই, "করিগুম্বদম্ব ওইরোই।"

অহবু বাকম অসিদা কনানম্ব অমুক য়াউশিল্লক্তে! মসিগী মতুংদা সাধারণ বারী-বাতাই খরা শানরবা মতুংদা অহিং থেংলক্লে হায়রহনা ময়াম হন্নব্রে। চাউরাক্লা অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা নুমিৎ খুদিংগী সভা কায়, ওইরিবস্ম মহুমক্তি। অহবু ঙসিদি কমদৌননো ময়ামগী মাইথোংদা নুঙাইতবগী শেংকাগুবা মমি অমা তারবগা থুপচায়বা লৈখি— মহু ঙসিদি অমুক মুংনিংদবগুম তৌই।

# অনি

মহাক্কী অহুমগুবা লুহোংবগী পুখৎলকপা বাকমহু মক্লপশিংনা সমর্থন তৌরমদে, অহুম ওইনমক বা ঙাংদনা চৈরম্লগা হনখি। শৈলেশনা মহু খঙই। মাইকৈ অমদা মহাক বারৌবগী ঙমখৈ নাইদবগুম মাইকৈ অমদা ঈকাইবগী মপাল নাইরে। মহাক ময়াই উংপা লুনা থোকপগুম তৌরক্লে। শৈলেশনা চহি তরা-নিপাল শুরকপদা অহানবা লুহোংখি, মহাক্কী মুপী উমাগী চহি

মতমদুদা গুপ্তগী চহি তরামাথোইদা মতাইরি। মপীমচাদু য়েংবদা মশাক হকৈ হায়দুনা কালিপদবাবুনা অউন-পোংকী থোইনা খল্লুবা লৈতনা মচানুপাগী মমৌ ওইনা লুহোংবিখিবনি। অদুম ওইনমক অউন-পোং অসিগী মরিমক্তদা শৈলেশনা বিলাত চৎপ্রবা মতুংদা ছাই-শেন মশেল শাথীনা মত থেন্নরকই। মকুবোক্না মমৌনুপীবু মওং অমদা নমহনা মপামদা থাখি। মরম অদুনা মচানুপা মরৈবাক্তা হল্লক্রবদা মশামক্না কৌহনা মমৌবু লৌহল্লুবা ঙমখিদে, মদুগী অপান্নস্থু লৈখিদে। অসোমগী উমেশ তর্কালঙ্কারস্থু থোইদোক্না য়ারৌ চাউবা মৎলগী মীশক্লি,—মীনা হায়জরকপা লৈতনা করিগুম্বা মওং অমদা মশাগী অমদি মচানুপীগী সন্মান থাদোক্লুনা মচানুপীবু নুপামযুমদা খিনবা য়ানিংখিদে। শৈলেশ ম রৈবাক্তা লৈরিবৈদেগী য়াকম পুম্নমক অসি খরা খরা তাখি; ময়ুম য়োরগা পুম্নমক করকনি খল্লম্মী। অদুবু চহি মরিগী মতুংদা তশেং তশেংনা ময়ুম য়োরক্লবা মতম অদুদদি মহাকী হৈনবী অমম্থুং শাজং অনিমক হোংরে। মতৌ অস্থুম্না বিলাত্ত য়োক্লবা বিলাতা চৎনরোল খঙলবী হৈ-শিংবী মপী অমগা লুহোংনবা শিল্লয়ে, মতম অদুদা মহাক তুম্মিন্না য়াখি। মদুগী মতুংদা মতম শাংনা হৌরে। শৈলেশগী মপাবুং কালিপদবাবুস্থু লোঙ্গাপ্রা, অহল ওইরবা তর্কালঙ্কারস্থু স্বর্গতি ওইরে। অস্থুক কুইরবা অসিগী মনুংদা দুম অদুগী করিগুম্বা পাউ অমত্তা হংদে, মহুমক্তি নত্তে। মহাক মবুংশিংগা পুন্না লৈ,—জপ, তপ, পুজা-পাঠ, গঙ্গাজল অমসুং মহিং মশিদা তাউহনা মতম লেল্লি। মহাক্তা

অমাং-অশেংগী ঙাওশিন্নবা মতৌদা মখুংশিং কাওবনা। লৈমিন্নবা হৈনন্ত্রবনি। মসিগী করিগুম্বা অমত্তম্ তাবা মুংঙাইনিংঙাই নত্তে; গুপ্নগী মপূক্লিং লৈতাজবা অমঙংদি লৈ মহুদি, অসিগুম্বা মওংগী মুপীশিংগী লমচংতা কনানম্ থোইনা দোষ পীনদে। দোষ পীরবদি শৈলেশতা কয়া কন্না যুগদগে হায়বা লুই, অদুবু মিংচং থিবগী মানল কাওবস্ কবিগুম্বা মওং অমত্তদা ঙসি কাওবা মহাক্লা তারক্লি।

শৈলেশনা খল্লকই, ভুপেনবাবুগী লাইব্রিক হৈবঁ মচানুপীগী আশা খুদক্তা থাদোক্লবা য়াদ্রে। অদুবু খুঙ্গংদগী চহি কুনমরি-কুনমঙা গুরবী লাইব্রিক হৈতবী নুপী অমগী মফমদা যুম্বুরেনবীগী থোদাং শিন্নরবদি মহাক্না মতম কুহরবা যুম্বান অসি পুমক্তোয় তোয়রগনি, মহুদা চিংনানিংঙাই শুপ্লে লৈতে। মরু ওইনা সোমেন। মহাক্না মমামক্লা মহাক্না মরাইবক থিবগী মরুনি—রাকম অসি নিংশিংহনা মহাক, অমওা ঙাইবা মচানুপাবু মহাক্লা কয়ম্বা খম্বনবা মওংদা য়েংলগদগে, মহু খল্লুবদা মহাক্লী থস্মোয় চিংনবনা ফুনগংলকই। মহাক্লী মচলনুপীগী যুম শ্যামবাজারদনি। বিভা বেরিষ্টারগী নুপীনি,—মফম অদুদা মচানুপা মুংঙাইনা লৈগনি, অদুবু মহুন্নদি পূন্সি চুপ্পগী শিনবা য়ারোই। দিগগজ পণ্ডিতপু মহাক কিন্না গুনিংলকই। নুপাহুবু মতম কুইনা মহাক্লা চা অমসুং বিস্কুট য়াম্না পীজ-পীথকখি,—মহাক্লা মতৌ অসুম্না মহাক্লী লমন শিংলক্লি।

শৈলেশ অশেংবদি কত্তবা মী নত্তে, অদুবু মহাক খোইদোক্লা পাংজদবা মথলগী মীনি। অদুনা অচুম্বা মওংগী ঈকাইবদগী মপালথোংগী ঈকাইবনা মাগী মফমদা কল্লি। লাইব্রিরিগী চাউ-খোকচবগা লোয়ননা অতোপ্পা চাউখোকচবা অচৌবা অসিমগা লৈ মদুদি, মহাক্লা মশানা খঙনা কনাগী মফমদসু অরানবা চত্তে নত্রগ। অরানবা থন্দে। মরুপশিংনা চিন্ খোক্লা হায়রবসু মপুক্লিংদদি মহাকপু হীরম অসিদা খোইদোক্লা মরাল লৈ হায়না লৌগ্রগনি, মসি খঙদবা লৈত্রে— থিনা ভাংনবসি থাংবা ঙম্বা মহাক্কা মফমদদি ওইখোক্তে।

অহিং চুপ্পা খল্লবা মতুংদা নোং ভানফুং ভানফুং তৌরকপদা মহাক্কী মকোক্তা খঙহৌদনা খোইদোক্লা লায়রবা রাখল অমা ফাওরক্লে। মহাকপু লৌংল্লুনবা মা থারবদি কিশি পুম্নমক থোক্লগনি। অহানবা ওইনা মহাক লাক্লোই। কব্রিগুম্বা লাকপা থোক্লবসু ম্লেচ্ছকী ইমুংদগী মহাক সুমিৎ নিনি শুদনা চেনখিগনি। মতম অদুদদি কনানসু মঙোন্দা দোষ পীব। অমুক ঙম্লরোই। সুমিৎ মরি-মঙানি অসি সোমেনবু মহাক্কী মনেগী মযুমদা থাগ্রগা মহাক মশামকসু কদায়দনো লোংতুনা লৈরুবগা লোইরে। অমুক লায়বা রাফমসিবু কব্রিগী মাগী মপুক্লিংদা অমুক কুইবসি খল্লুত্রিবনো, মসি খল্লুবদা মহাক ঙকচৈ। মসিনা করবনি।

কোলেজদগী মহাক্লা সুমিৎ তরেংনিগী ছুটি লৌরে। এলাহাবাদতা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ অমা লৈ, মহাক লাকনি হায়দুনা মঙোন্দা টেলিগ্রাম তৌগ্রে, অমসুং বিস্তাদা চিঠি ইদুনা

শীগ্রে মহৃদি, মহাক্পা নন্দীপুরদগী উযাবু লৌহজুনবা মী থাগ্রে, করিগুম্বা লাক্লবদি মহাক নাক্নুনা সোমেনবু শ্যামবাজারদা পুখো। এলাহাবাদতগী হল্লকপদা মহাক নুমিৎ তরেংনি চংগনি।

শৈলেশকী মামাম্বা পোৎকপা মত চানবা মনাওমুপা অমা লৈ, মহাক মেসতা লৈহনা ললোনবগী ওফিস অমদা থবক তৌরি। মহাকপু কৌহল্লরগা হায়রকই, "ভুতো, নঙ মরেং অমুক্তা নন্দীপুরদা চংক্নুনা নঙগী নতৈমহ কৌরুবা তারি।"

ভুতনাথনা ওক্লুনা হায়রকই, "ইতৈমা হায়বদি অমুক কনানো?"

"নঙদি বরযাত্রা ওইরুবদায়, নঙ নিংশিংদ্রব্রা? উমেশ ভট্টাচার্য্যগী মুম?"

"মুম্না নিংশিংলি, অদুবু কনামতগ্‌ মশক খঙনদে, মহাকপু কমদৌনা ঐগা লোয়ননা থারকদগে?"

শৈলেশনা হায়রকই, "লাক্লিংদ্রবস্‌ লাকুমনু। নঙোম্বা করি কায়বগে? বিয়াররগা মীনাই-মুবীগা লোয়নখিগদবনি। চংলোই হায়রবদি হেক্তা হল্লকউ।"

ভুতোনা ওক্লুনা ভাইহাক তুশিম্না লৈরগা হায়রকই, "ফরে চংলুগে! অদুবু ফুন-চৈনবা থোক্লবদি ফনি।"

শৈলেশনা মাগী মথুংতা মাগী খরচ-পরচ অমম্মুং শো অমা শিন্নরহনা কায়রকই, "ঙসি অহিংগী ট্রেন্দা ঐ এলাহাবাদতা চংলগনি। নুমিৎ তরেৎনি লৈরগা লাক্কনি। করিগুম্বা মা লাক্লবদি শো অসি নীরগা আলমারী অসি তাক্কদবনি। ইমুংগী খরচকী শেল লৈহৌবনি। থা অমা মপুং ফাবা চংনহনবা পাম্মি।"

ভুক্তবাথনা য়াবক্তনা হায়রকই, “কনি। অহুবু ইথঙ থঙুরৌদনা মহাক্না অন্থুমা থৱক্লিবসি করিগীনো তামোয়াইবা? ঈরম কাংত্তুনা শুক্তিব পুশিল্লকপসি নত্তেদবা?”

শৈলেশন বাথল থম্মুনা কনা কুইনা ছুম্মিনা লৈরগা মুংশাবগী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, “লাকওইদবা অশেংবনি, অহুবু মীগী মিংথেংদা কজনবা, থর্ম কায়দনবা করিগুম্বা থম্নদি তৌবা তাই দন সে'মেন লৌরনবা শ্যাম বাজারদা পাউ থরা পীরম্মু।”

অহিংগী পঞ্জাব মেলদা শৈলেশ্বর এলাহাবাদ চৎক্রে।

## অহুম

মুমিং থরনিগী মতুংদা নোংমা মুংখিলদা শুমাংদা কার অমা থায়রে, অমস্তুং মিনিট অনিয়োমগী মতুংদা চহি কুমিথোই-কুনহুমদোইগী মৌনহা অমা মী উরকম কাদা চংলক্রে। লৈমায়দা খারিবা কার্পেটতা কমহুনা সোমেন্দ্রনা অথাবা এলংম অবদা মহাক্না মমা অনৌবাদা কোটো য়েংহন্দুনা লৈরম্মী। মাম্না মুংক্লাইরবা মরক্তুদা পরিচয় পীহনা হায়রকই, “ইমা; ইনে-মেম্মানি।”

উবা হোৎপংতুনা লেপ্পি। ফিজেংতা থোইদোক্না চন্নবা মপাল অঙাংবনা চনবা শাড়ি শেংলি, ইচম-চম্না মথুংতা সনাগী খুজি অমা-অনি অমুস্তুং মঙক্লা লিক অমা শি,— অহুবু মহাক্না মপক উবদা থিভা চঙক্রে।

উযামক্না হান্না বা ভাংলকই। নোককেং ভোৌরহনা মচানুপাদা হায়রকই, "ননে-বেম্মা খুরুমজ্রববা নুপামচা ?"

সোমেন্না মসিগী শিঙ্কাসি ফংবা নোৌরিমান্নে; মহাক্না থুনা য়াংনা মনেগী মখোঙদা তোংলিবা খোঙউপ শোক্লুনা কবিগুম্বা মওং অমদা মখৌ পাংখোক্লে।

উযানা হায়রকই, "লেপত্নুনা লৈরবরা ইচল-ইবেম্মা, কম্মু ?"

বিভানা হংলকই, "কৈদৌঙৈ য়ৌবিরকপগে ?"

উষানা হায়রকই, "নিংথোকাবদা থুংলে, ভসি য়ুমশকৈশনি —অহু ওইরবদি হুম্নি শুরে। অহুবু লেপত্নুনা লৈরথদি কৈদৌরবগে ইচল—কম্মু।"

বিভা চামবা লাকপা নত্তে, ময়ুমদগী ফত্তবা রাখলনা থম্মোয় থুমহংনা মহাক লাক্লিবনি ; হায়রকই, "ফয়নবা মতম শংদে, ঐ থবক য়াম্না চিন্নি। ঐ সোমেনবু লৌবা লাক্লিবনি।"

অহুবু অয়াকপা রা অসিগী পাউথুম উযানা মোমোন নোক্না পীরকই। হায়রকই, "ঐ ইথল্লা কমদোনা লৈহৌগদগে ইচল ? আদদি মৌশিংগী মচা লোইনমক ঐগী ইনঙ্গলদা চাউরিবনি। কনানো অমা ফাওবা ইনাক্তা লৈত্রবদি ঐ হিংবা ঙম্লোইনে ইচল-ইবেম্মা।" অসি হায়রগা মহাক অমুক নোক্লকই।

নোকপা অসিগী পাউথুম বিভানা অয়াকপা খোজেলনা পীরকই। নুপামচাহুবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "নথোয়গী বাবানা লউবু ঐথোয়গী আদা লৈহল্লু হায়রম্মী। ঐগী মাংঙ্গবা মতম

লৈত্তে সোমেন—চংলোনে, নক্কি থুনা হোংলুচো ; ঐ অমুক নিউ মার্কেট কোইরুখিবা তারি।"

নুং অনিগী মরক্তা হা ওইহনা সোমেন্না মাইথোং মক্না কীনা কীনা হায়রকই, "ইমানা খিংলিবসিদি, ইনে বেম্মা ?"

মাগী খুদোংচাদবহ্ উবদা উষানা খুদক্তা হায়রকই, "নঙবু ঐনা খামদে মুপামচা ; ঐনা হায়রিবদি নহাক চংগ্রবদি ইথন্দা মুমঙ্গা লৈরোবা লুংঙাইরোই অসিদনি।

অঙাংহনা মচিন্নঙ্গি পাউখুম্ন করিমত্তা পীদে, গুপ্তগী য়াম্না নক্না হকচাং থেংনা চংশিন্দুনা মমা পোক্কবীগী ফিজি পায়রে। মহাক্কী মলম মরক্তা খুংশা খিংজিন্দুনা নান্ন-নান্নহনা উষানা নোক্কুনা হায়রকই, "মা চংনিংদমান্নে ইচল-বেম্মা।"

ঊকাইবা অমম্লুং শাউনিংবনা বিভাগী মাইথোং মুশিন মুশিন্নক্লে, অমম্লুং য়াম্না চাউথংলবা সমাজগী ফনা য়াংবা শিক্ষা কংহনম্নু মহাক্না মশাবু লাকশিঙ্কবা ঙমক্লে, হায়রকই,—"মহাক অহুম ওইনমক চংপনা চুম্বনি, অহুগা অদোম্না লান্না ইনশিল্লম-ম্রবদি মাগী মপাগী য়াথং ঙাকনি হায়বসি ঐ চেংনা থাজে।"

উষাগী চিনবান মতায় অনি গুপ্তগী হাইকেঙং কনশিল্লপ তৌরকই, অহুগা মাগী মাইথোংদদি অওনবা করিমত্তা লৈত্তে ; হায়রকই, "ঐখোয় অহল ফাওবনা ইশানা কব্রি তৌবনা চুম্বগে হায়বা লেপচবা ঙমদে ইচল, সোমেন্দি অঙাংনি। মানা কয়া য়াম্না থঙগনি। অহুগা লান্না ইনশিনবগী য়াকয় করিগুম্বা পুথংশিরক্লবদি ইচল-ইবেম্মা, ঐহাক অঙাং কয়া য়োক্লক্লবনি,

## মরি

ষুমিং তরেংলিগী ছুটিনি, অহুবু চাওয়াক্লা চহোল অনিয়োম এলাহাবাদতা লৈরুরগা খঙহৌদনা নোংমা ষুংথিলদা শৈলেশ্বর লাক্নুনা মযুমদা থুংলয়ে। ম'য়োক্নুনা মথাগী মাঙোলদা কমছুনা সোমেন পয়া থয়া, মচু মচুগী চে থয়া, উদা শোবা গম, লং অসিনচিংবনা করিনো শাহনা য়াম্না মথৌ চিগ্না লৈ ; মপা লাকপা অহানবদ মহাক পাক হেক ভাব ওইরুত্রে, অহুবু উরকপমক্তদা চংশিল্লকই, অমম্বুং ঈকাইনা হৈনজদবা মওংদা মখোঙ্ মন্নাদা কুপ্পুনা থুক্লরে। গুরুজনশিংদা থুরুমগী মওং-মতৌ হৌজিক ফাওবা হৈত্রি. মহাক্কী মাইথোং উবদা মহু খঙবা ঙম্মী। থোইদোক্লা কত্তনা থোক্রুবম্ব শৈলেশ তরুপ তৌই, অহুবু চে পয়া-গম অসিনচিংবা অহু উরুবমক্তদা শৈলেশনা হায়রকই, "মহুশিংহু নাক কৈদৌরিবনো সোমেন ?"

সোমেন্না য়াকম অহু বাহৈ অমদা হেক্তা কোংদোক্তে হায়রকই, "হায়মুদনা বাবা, মসি করিনো ?"

মপানা হায়রকই, "ঐনা কমদৌবা খঙগদগে ?"

মচানুপানা থুবাক থুয়দুনা য়াম্না হয়াওনা হায়রকই, "অভিয়া-থাক্টৈমেনি।"

"অতিয়া থাক্টৈমেনা কৈদৌনগদৌরিবা ?"

মসিগী অঙকপা মরম সোমেন্না ঙসি অমুক্রমক খঙলি, হায়রকই, "ঙসি সংক্রান্তিনি, ঐখোয়গী ইপা-ইপু স্বর্গদা লৈরিবশিং অহুনা উননবা মৈ থান্নিবনি। মখোয়না পেনবিনবনি।"

শৈলেশ ফং শাউগংলক্লে, পুম্নমক অহু মখোঙমা কাওখায়রগা। থমকা তৌহনা হায়রকই, "পেনবিনবনি! ফত্তবা চংলবী পুম্নমক চংলো লাইরিক পাকচো হায়রিবসিনি।"

মহাক্না অহুক মথরায় চংনা শা রিবহ থুগাম্নবহুদা সোমেন কপ্লিং কপ্লিং তৌরক্লে। মথক্তা কদাম্নদগীনো থুম্নবা খেংক্লেলনা কৌরকই, "ইবুংঙো সোমেন, হয়েং কৈথেলদগী ঐনা মহুদগী হেম্না কবা থাউমৈ নঙগী লৈবিরুগে, নঙ ঐগী নাক্তা লাকও!"

সোমেন মপী তৈথোক তৈথোক্না মথক্তা কাথংগ্রে। শৈলেশ মাইকৈ অমত্তদা হম্না য়েংলমদনা য়ায়া শাউরংলনা মগাক্তী লাইব্রেরী কাদা চংলক্লে। থংনবা মিংকুপমক্তনা ঘড়ি মচাগী কাংশি মখোল তারক্লে— কাং কাং কাং কাং! কনাগীস্লু শামিল ফংদে।

"অবহুল?"

অবহুল লাক্লে।

"গিরিধারী! গিরিধারী।"

গিরিধারীগী মহুত্তা বাঙালী মীনাই গোকুল লাকুনা পর্দা খজিক্তং হাইদোকুনা মকোক লিংশিন্নরুগা হায়রকই, "আজ্ঞা? মখোয়হুবু ঙম্না শিগ্রত্রা?"

গোকুলনা হায়রকই, "শিদে আজ্ঞা।"

"শিদে আজ্ঞা? অবহুল কদায়?"

গোকুলনা হায়রকই, "ইমা-বেম্মনা মাবু ছুটি পীবিগ্রে, অহাক ময়ুমদা চংগ্রে ?"

"ছুটি পীগ্রবা ? ময়ুমদা চংগ্রবা ? গিরিধারীনা কমায়দা চংগ্রে ?"

গোকুলনা মহাকন্থ ছুটি ফংহুনা মরৈবাক্তা চংগ্রে হায়না খঙহল্লে। শৈলেশনা চঙকুয়রহুনা হায়রকই, "য়ুমদা মী অতৈ কমাম্থু লৈ-লাক্লুব্রা ?"

গোকুলনা মঙক নোমহুনা হায়রকই, "অতৈ লোয়নমক লৈ আজ্ঞা।"

"মখোয়না অমুক লৈরিবা করিগীনো ? হন্দোকগ্রো চংলো—"

শৈলেশ্বর মশামক্তা মতম অহুদা খোঙউপ লৌথোকচরে, কোট লৌথোক্লগা টেবিল মথক্তা পৈহুনা থম্নে ; কিয়ানখোক্তগী খুদৈ লৌথরগা ট্রাউজর হোংদোক্লগা চেয়ার ভম্না ছুনবদা মথাদা তাগ্রে ; নেকতাই, কোলর অসিনচিংবা পুম্নমক মকম অমদা অমদা লংশিল্লগা মশাগী চৌকিদা চংশিন্দুনা কমথবগা মমাংমক্তদা টেবল মথক্তা খাতা অমা মাগী মিংয়েংদা তাক্লে— মখুমদা ইরি, ইমুং-খরচকী হিসাব। কাক্তোক্লুনা য়েংই, ঙুপীগী খুংইনা অঙকপা ফংনা ভক্ত ভক্ত ইরি। মুংতিগী খরচকী অক—ঙা অম্থক, ইষ্ণাং-নাপী অম্থক, চেং অম্থক, হরাই অম্থক,—খঙহৌদনা থোঙগী পর্দা হাইদোকপগী শক্তম কংবদা ভক্তুনা য়েংলকই, কনানো মুপী অমা চংলক্লি।

মহাক ওইনিংবা অমা ওইসনু মীনাই মুপীদি নত্তে, মহ মিংবা কুপ্পনা থজলহনা শৈলেশ হিসাবকী খাতা য়েংবদা তপেংনা মপুঙ্গিং চংঙ্গে। চংলক্লিবী অহুনা মহাকী মথোঙ ময়াদা কুপ্পহনা খুৎনগা হৌগৎলগা হায়রকই, "মুমিৎ অপুক থেংলবা অসিদমু চা থকপিখিগন্ত্রা ? অহুবু, অহ ওইরবদি চাক চাবা অমুক য়ামরোই ."

"চাক চায়রোই।"

"চাত্রবন্নু মাই-মিং তাথোপিরগা মথক্তা কারসি। মতম চাদনা অমুক ঈরুজরুবগী কান্নবা লৈত্তে, অহুবু চাননবা থরা ঐনা শিন্নগা কুমুদাদা সররবং শেন্নু হায়রম্মী। চংলসি।"

"হৌজিক তাইখো।"

"তাবিরিবরা, ঐ উষানি—কৈ-শওম নত্তে ! ঐঙোন্দা মাই মোনথংহনা য়েংবদা কনানম্নু নহাকপু খিনা তাংনরোই।"

শৈলেশনা হায়রকই, "ঐনা নওবু কৈ-শওহ্নি হায়ত্রবরা ?"

"অহ ওইরবদি অহুম্না কোইচেন চেনবিন্নিবা কন্নিগীনো ?"

"ঐগী থবক লৈ। নওনা বিতাগা থংনকন্নিবা কন্নিগীনো ?"

উষানা হায়রকই, "নহাকী শাজনবা বানি, নঙোন্দা মহাক্না কৈদৌঙৈদম্নু ঐগা থংনৈ হায়হনা ইথিদে।"

শৈলেশনা হায়রকই,"নওনা অথকুল তাহোকপ্রিবা কন্নিগীনো ?

"কনানা তাহোকই হায়বগে ? মহাক চহি অমগী তলব কংদে, মযুমদা চংনিংবনা লৈতাকম থওদে ; ঐনা তলব পীরগা চুক্তি পীখিবনি।"

শৈলেশনা ঙক্লুনা হায়রকই, "পুল্লপ পীথোকপ্রবরা ? অদু ওইরবদি মা অ্যুক মল্লক্লরোই। গিরিধারী চংখ্রিবন. করিগীনো ?"

উমানা হায়রকই, "মসিদি নহাক্কী য়ায়া চুবদবনি। মীনাই-মীশলগী তলব পীথোক্লুনা ফাজিন্দুনা থম্মিরিবা করিগীনো, মখোয় মচুম-মকৈ লিংদবরা ? ঐনা মাগী তলব পীথোক্লগা থাদোকখিবনি।"

শৈলেশনা হায়রকই, "য়ায়া হৈরে হন্দক্তি। বশিষ্ঠ মুনিগী আশ্রম ওইনবা লিল্লো।" মহাক হিসাবকা চেনা ফাক্লুনা য়েংনা য়েংনা রা ঙাংলিবনি, থঙশৈদনা অচৌবা অক্ক অমা মমিৎতা উরকপমক্লদা ঙক্লুনা হায়রকই, "মসি করিনো ? লুপা চামরিপা তরুক—"

উমানা থুয়কই, "শেল পাদু চেং-হবায় য়োনবা হুকানগীনি। তৌজিক ফাওবা লুপা নিরোম নাকী তারমখিগদ্রা নিংই, লাক্লিবা থাদা পীগে হায়প্রবনি।"

শৈলেশনা চঙক্রদুনা হায়রকই, "লুপা চাতক্লক হবায়-চেংবায় য়োনবা হুকানগী থাকী শৈরমা ?"

উমানা নোক্লুনা হায়রকই, "লৈরোইদ্রা ? কৈদৌঙদম্ম লিংদোক্লবা কৈদৌঙদম্ম হিসাব য়েংদ্রবা মরম অহুমক্লনা চহি অনিদা লুপা অম্মক য়াম্নসি লৈরক্লিবনি।"

শৈলেশনা হন্দক্তি মমাই নোনথংতুনা য়েংলকই, হায়রকই, "নঙনা চহি অনিগী হিসাব য়েংলুবরা ?"

উমানা মকক নোমহুনা হায়রকই, "অদু নঙনা অতোপ্পা উপায় করি লৈ ?"

শৈলেশ তুম্মিন্না ফমহুনা লৈ, অদুবু মহাক্কী মাংথোংদ তান্নিবা ঈকাইবগী মমি অহু মিনিট মঙাদংগী পরিচয় অসিদনস্তু উষানা থঙবদা চিংথবা লৈত্রে, হংলকই, "করি খল্লিংনো হায়বিহুদনা ?"

শৈলেশনা নোকশিন্নবা হোংনরগা হায়রকই, "খল্লিবনি লৈরম্বা শেল লোইনমক্কি থরচ তৌথোকত্রে, অদুসু থাগী অলব ফংগদবস্তু হৌজিক হুমিং তরামঙা-তরা ঙক্কি য়াংলি !"

উষানা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "ঐবু অঙাংমচারা, মহুগী হিসাব ঐগী লৈরোইত্রা ? থাথায় অমঙা করিগীনে, থা অমগী মতুংদা কাওবা ঐ নঙোন্দা শেল তান্নক্রোই। অদুবু করিনো মঙং অমা তৌরম্লিবসি হায়বিয়ুদনা ? ফঙোম য়োনবনা লুপা চামগা য়াম্খৈ ফংনিংঙাই লৈ হায়রম্মে, থোনৌন ফংগদবনা লুপা য়াম্খৈগী মথক্তুলি, অদুগা দর্জিগী দুকানগীনা কয়া তোল্লিংগে হায়বা অপ্লগী মথোয়দনা থঙলিগনি। ঐনা ঙসি হিসাব তৌরগ পীরকউ হায়হল্লুরবনি।"

শৈলেশনা থোইদোক্না নুংশাথীরক্তুনা হায়রকই, "তৌরিবহু করিনো ? মথোয়না লুপা লিশিং অমা ফংনিংঙাই লৈ হায়রকপা য়াঁই। কনা কনাগী কদায়দগী পীগদৌরিবনো ?"

উষানা চিংনবা লৈতনা হায়রকই, "অমুক্তদা পীবা ঙমগনি হায়বদি হায়খিদে, ঐনা থা অহুম মরিদা শিংদোকখিগনি। অদুগা কনাদগীবু ওইরবস্তু থরা পুক্ত লাক্রবা লৈবরা ? ঐঙোন্দা লোঁংপিগন্নু।"

শৈলেশনা মাগী ম্নাইথোংদা লেংদনা য়েংদুনা নৈরুম্বগা মমৈথংদা তপ্না তপ্না হায়রকই, "হৌখিবা চহিদা কালেন ছুটিদা সিমলা চৎননবা নুপা অমদগী হেণ্ডুনোট তৌদুনা লুপা লিশিং অনি প্পুরুই, লুপা অমা ফাওবা শেন্দোম পীখৎখিবা ড্ডমত্রি।"

উথানা মচুবা মেংতুনা হায়রকই,"অঙকপা থৌওংনি!" অদুবু খংনবা মিংকুপমক্তদা হায়রকই, "নহাক্তস্থু খঙজরে চহি অমা ফাওবদি ঐবু মীগী মরন তোলহনপদৌরি। অদুবু অতৈদি করিস্থু নৈত্রেদনা?"

শৈলেশনা হায়রকই, "নৈত্রমাল্লে নিংই। ইচম চম্বা খরমখৈদি নৈরম্লভ ম্নাই, অদুবু ঐনা খল্লখদি, মপোক অসিদা ফাওবা মীগী মরন শিংদোকপা অমুক ড্ডল্লরোই।"

উৰাগী মিংলু নাপোমদা খঙহৌদনা মপী ঈরা চেল্লক্লে। মহাক্না গুপ্নগী পুংখাম অমগী মমাং ফাওবা মশক খঙদে হায়বদা হেক্কিন্না কায়জনবা ওইররে ইদবা মপুরোইবা অদুগীদমক্তা খম্মোয়দা তশেংনা নুংঙাইতবা পোক্লক্লে, অদুবু নোক্তুনা কায়রকই, "নহাক অঙক। মনি! য়ুম্নানবদা শেল তোল্লগা শিংদোক্লোইদ্রা? অদুবু লুপা খরা অদু শিংদোকখিবদা ঐগী মতম কয়া কুইনা চংগনি হায়বগে?"

"মমাম ম্নাম্না রাগনি—"

উধানা ইচং থৌনা হায়রকই, "কনাস্থু রারোই। কদায়দনো করিগুম্বা অওনবা অমা ওইদ্রে হায়বগী শামিন ফাওবা ফংদবা ম্নাই।"

শৈলেশ চপ য়ুংনা তুম্মিন্না কমহুনা লৈ। মহাক্না মপুক্লিংদা থল্লকই, মতম কুইনা নোং মংলম্বা অতিয়াগী করিগুম্বা মচি অমদগী কাওথরক্লুনা মহাক্না হকচাংদা লুংশাগী মঙালনা য়েরবগুম্মী।

## মঙা

চিঠি-খাও অমসুং পোস্টকার্ডতা চিঠি-নুংঠি য়াম্না পৈহুনা লৈরে, পুন্নমক অহু পারগা পাউথুম পীবদা, দরকার ওইবা চেশিং অমমম কাক্তোক্লুনা য়েংবদা, অহুগী মথক্তা অহুগুম্বা থবক মচা-মশু লোইশিনবদা শৈলেশ সন্ধ্যা ওইশিল্লকপা থঙহৌদ্রে। মহাক্না মথৌ থঙলবা মপুক্লিং চংলবা মাইথোংগী ফিভম মপান্দগী পর্দা মরুমদগী উরিবদি মথৌ মশক থঙবা অমসুং থোইদোক্লা মপুক্লিং চংবা অসিদা পঙদানবা মীগী থম্মোয়দা মপাল নাইদনা শ্রদ্ধা পোক্লিংঙাই ওই। ওঙাবু নোল্লকপা মাংহনবা য়ারী অসিদা দরকার ওইদে, মকম অসিদদি অসিথক্কুং হায়রগা য়ারে মহুদি, ওজানি হায়হুনা সংসারদা লৌনম তৌবা থবক্তা থঙহৌদনা কনালনো মথোয়বু ইম্মোক্লবা য়াই হায়না আশা তৌবা অরেম্বনি। মথুত্তা লৈরিবা থবক লোইশিল্লগা শৈলেশ্বর মশামক্তা সুইচ নমহুনা মৈ থাঙংলগা থোইদোক্লা থারবা ফিলোজোফিগী লাইরিক অমা পাবদা মপুক্লিং থিংজিনগ্রে, মহাক্না মাংহন্নবা মতম শুপ্লে

লৈতমগুম্বী, অহুম ওইনমক সন্ধ্যা মতুংদা মহাক্না অম্মুম্না তৌবসি কম্বিগুম্বা মুমিত্তম্ থক উথিল্লি।

মতৌ অম্মুম্না মহাক্না লাইব্রিক পাবদা মথবায় য়াউরিঙৈদা মপান্দা শর্দা মরুমদগী কুমুদানা কৌহুনা হায়রকই, "বাবু ইমা-বেম্মনা লুক থাবিররো হায়রকই, লেংবিরক্লো।"

শৈলেশনা ঘড়িদা য়েংলহুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি ঐগী চা চাবা মতম ওইদ্রি। হৌজিক পুংথায় অমরোম থাংলি।"

কুমুদানা হংলকই, "অহু ওইরবদি থাঙ্গংতুনা থমজখো কায়বরা?"

শৈলেশনা হায়রকই, "থাঙ্গংতুনা থম্বনা চুম্মী। অবহুল লৈতবনা মতম চাবা-চাদবা থঙদ্রিবনি।"

মৗনাই পুপী কম্বিমঙ হংলমদনা চংগ্রে, শৈলেশনা কৌশিল্লগা হায়রকই, "পুম্নমক থাঙ্গং-খোকংপন্মু থাইচিনবা থবক্লি, করে, ঐ লাক্লনি হায়রু।"

ঙসি চাক চাকম কাদা টেবিল-চেয়ার খোয়াং তৌরমদে, মথক্লা কাথংপদা উরে, মহাক্কী তুম্ফম কাগী মাঙ্গোলদা চাকচাফিদা থাহুনা মরু ওইনা মৈরবাকী চংনবী মঙংদা মরৈবাকী চিঙ্গাক শিল্লম্বী মতম কুইনা শিজিন্নদনা লৈরক্লবা পুথম তেঙ্গোং অসিনচিংবা কেংদোক-চামথোক্লগা শিজিন্নরক্লি। পুথমগী মাইকৈ অছুমগী অকোইবদা মথল-মথেল কয়া কয়াগী চিঙ্গাক নিংথিনা থক্লি; লাপুনা লৈমায়দা উথা কম্লি অমম্মুং মতোন্দা ঙাথু-থেংথুহনা সোমেন কল্লি।

শৈলেশনা ফিদাদা ফমথরগা হায়রকই, "নহাক্তি ঐগা লোয়ননা চাখিন্নরোই খঙই, অদুবু সোমেনদি ? মাম্মু চাখিন্নবা য়াদবরা ?"

মসিগী পাউখুম মচানুপানা পীরকই, "ঐ থুংতিগী ইমাপা চাখিন্নৈ বাবা।"

শৈলেশনা য়াম্না মরাং কাইনা শিল লাংলম্বদু উবদা হায়রকই, "অম্মুক য়াম্বসি কনানা থোংবগে ? নহাক্কুরা ?"

উষানা হায়রকই, "কোয়।"

শৈলেশনা হায়রকই, "বামোনদু ফাওবা লৈত্রমাল্লেনে ? অম্মুম খনবদা মাগীদি তলব বাকি লৈরম্লোই নিংই—মাবুম্মু অদু ওইরবদি চহি অমগী এডভান্স পীরগা থাদোকত্রবরা ?"

উষানা নোক্লিংবা থাংলগা হায়রকই, "দরকার ওইরবদি এডভান্স তলবম্মু মীনাইশিংদা পীবা তাবনি, অদুগী বাকি থম্বনদি চংনবা য়াদে। অদুবু মহাক লৈরি, মাবু কৌজরকউ হায়বরা ?"

শৈলেশনা খুদক্তা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, য়ারে। মাবু উনিংবনা ঐ থাংঙমদবা তৌদে, মাবুম্মু মরক মরক্তা থোংবনু, নত্রবদি থরমথৈ হৈজরিবদু কাউথোকখিদুনা মত্তোম্দা অমাংবা ওইরক্কনি।"

চাক চাবা ফম্বদা শৈলেশনা কয়াগী মতিক পামজনা থোকপগে হায়বদু মহাক্কনা খঙলিগনি। মনাকী তেঙ্গোংবু চিংশিল্লগা হায়রকই, "তশেংনা মনম নুংশি। গোঁসাইশিংদি শা চাদে, মখোয়না থৈবোং অশংবা থোংবদা গরম মশলা থাক্লগা উদা পানবা হামেং লাবা থোংবনি হায়দুনা চায়। ঐগী হৈনবী তশেংনা

অহুক রাংবা মথলগী নত্তে। অহুনা থৈবোং অশংবদি থোইদোক্না ঐ হৈনবা য়াই, অহুবু উদা পানবা হাবেংদি হৈনরোই।"

উষা খিক খিক নোকখোয়রক্লে। সোমেন্না নোকপচুগী মরম খঙলে, মহাক্না মমাগী মতম্বাক্তা হিপথরগা মমাদা য়েংহুনা হায়রকই, "উদা পানবা হাবেং হায়বদি করিনো ইমা?"

পাউথুম ওইনা উষানা মচাবু মথাদা থম্বগা চেংনা কোনশিন্নগা মপুরোইবদা হায়রকই, "হান্না চাহুন্না য়েংবিখো।"

শৈলেশনা শাহুম মচেং অমা ছুক্লগা হায়রকই, "নত্তে মখোঙ্ঙ রি পানবা হাবেংনি হায়বা য়াই। য়াম্না হৈ, অহুবু মসি খোংবসি নঙ কমদৌনা হৈরিবনো?"

উষাগী মাইথোং মকা লাম্লক্লে, হায়রকই, "থোংববু গুপ্তগী নখোয়গী অবহলদনা হৈবয়া? ঐখোয়গী বাবা সিদ্ধেশ্বরীগী সেবায়েত ওইরম্মী, নহাক্না ঐবু গোঁসাইগী ইমুংদগী লাকপনি খনবিবরা?"

শৈলেশনা হায়রকই, "তেজোং অসিমা চারবা মতুংদবু বাহু চিন্দা পনবা কনাগী মতিক লৈগদগে? অহুবু ঐগীদি সিদ্ধেশ্বরী লৈজদে, মসিবু মুমিং খুদিংগী কংগদ্রা?"

উষানা হায়রকই, "অরাংপা করি লৈহুনা কংলোইদৌরিবনো হায়বিযু?"

শৈলেশনা হায়রকই, "অবহুল কায়নবগী মৈচাক ঐ ওসিমক কোক্লগদ্রা খল্লি, শেন্দোন—"

উষানা পাউনা হায়রকই, "ঐনা ইপুরোইবগা ইচাগা পীজদনা শেন্দোল শিংথিগনি নঙোন্না হারগ্রবরা ? শেন্দোলগী রা নহাক্না অমুক হন্না পনবিরোইদবনি হায়জবৌ ব্রিবসিজি।"

শৈলেশনা হায়রকই, "নহাক্না হায়নথগী দরকার ওইরোই, শেন্দোলগী রা পনবা ঐগী স্বভাব নত্তে। অদুবু—"

উষানা হায়রকই, "মসিদা অদুবু লৈতে। চানবগীদমক্তদি তোনবা নত্তে।"

"করিগীদমক্তা তোন্নিবদো করিমক্তা থঙ্গদ্রে উষা—"

উষানা পাউখুম পীরকই, "নহাক্না থচলুবগীসু কৈদৌউদসু দরকার লৈতে। থৌজানবিন্থনা অঙাওবনি হায়থুনা অমুক হন্না তাম্বোকপিবা অদুদদি তৌবিগনু।"

শৈলেশনা মরু লুকুনা তারি। সোমেন্না হায়রকই, "চাক চাক্কবসি ইমা। ভরাংগী জটাই কৌবা উচেক অদুগী রাঙ্ক্ষু ঙসিদি লোইনা লিবিয়ু। জটাইগী মচানুপানা মতম অদুদা করি তৌবগে ইমা ?"

শৈলেশনা নমাই মোনথংলগা হায়রকই, "জটাইগী মচানা তৌনিংবা তৌসনু, অঙাংসিনা খঙলে নঙথু শুপথা থারোইদৌরি।"

মচানুপাগী মকোক্তা নানবি-নানবিরদুনা উষা ভুম্মিম্না লৈ।

শৈলেশনা হায়রকই, "মসিগী মরম খঙবরা ?"

উষানা হায়রকই, "মরম অদু করিনো, মমা লৈরব্রে, অঙাং মতোমদা য়ুমদা—"

"মদু ওইরম্বা রাই, অদুবু মমা লৈরিইব্রেদসু অসুক চানবিবদি মা করিগুম্বদসু কংলমদবা রাই।"

উষাগী মমাই ঙাংলক্লে, হায়রকই, "নহাক্না অদুম্না হেক্তা হায়বা! শা খরগা পুরকউ হায়রগে. মরে, চাবিক্ৰয়দু— ঐগী ইকোক চাও, মিঠাই অনিহু ছন্দোক্রমহনা হৌগংবিগদু অহুবু। মুমিং চুঙ্গা চাবক্লুংগা চারিবনি হায়বসি খরা খল্লবিগদবনি।"

শৈলেশনা ময়া কাহ্না উষাগী মাইথোংদা য়েংহনা লৈরে। চাবগীদমক্তা অদুম্না তক্লবা, অদুম্না লাংতক্লবা বাখৌবা মতম কুইনগী ভুংদা অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা ঈশৈ অমগী অয়োইবা শরেংগী মতৌঙুম মথাক্তী নাকোংদা দ্বৈকরে। মহাক মশামকন্দু মমান্না অমত্তা পোকচগা মগানি— খঙহৌদনা বাকম অহু খঙনিং নিংশিংলক্লুনা মথাক্তী পুক নুংদা প্রোক প্রোক চাক্লক্লে। মিঠাই ছন্দোক্রমহনা হৌগংনবা মাগী শক্তি লৈখিরে। খুদায়হনা মচেং অমা মচিন্দা হুক্লগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "করিগুম্বা মুমিংকীদু করিগুম্বা হিসাব অমত্তা ঐ অমুক তৌররোই উষা, খোদাং অদি নত্তোন্দা পুমশিন শিনহনা ঐ চিংনবা কোকপা পাম্লে।" অদি হায়রগা মহাক হৌগংরে।

## তক্লক

চায়োল অমা মতৌ করম্না কমদোননো হৌখিহনা নোংমাইজিং অমুক ওইররে, শৈলেশ খঙহৌরে। অমুক্তা হৌগংপগা উষানা হায়রকই, "নত্তোন্দা মুংতিগী হায়রজে, ঐগী বা তাশিনে—ঙসিদি

ইচল-থেম্বখোরদা চংশিল্ল। মহাক বদি খল্লমগনি হায়বিদুনা ? নহাক্না ঐগা মাগা অশেং অশেংনা থংনহল্লগে হায়বিরিবরা ?"

শৈলেশনা মপুক্রিংদা খোইদোক্লা উকাইরক্লুনা হায়রকই "কোলেজদা থবক য়াম্না চিনবা অক্লিদা—"

উষানা হায়রকই, "মহু ঐস্মু খঙই। কোলেজদগী হল্লকপদস্ত অহুদা অমুক্তং য়োবিক্লবা ঙম্বিদবরা ?"

"অহুবু মওং অমদা অহুক চোকথনা কল্লক্রিবনি, মহুদি খঙদবরা ? নঙদি অঙাং লাইরিক তম্বিবা নত্তবনিনা খঙক্রিবনি।"

উষা নোকথোরক্লে, হায়রকই, "নখোঙদা ভুজরি, ঙসি অমুক্তা চংশিল্ল। নোংমাইজিংদস্ত অঙাং লাইরিক ওম্বিবগী লৌনম তৌরবদি থিভানা পুন্সিগী ঐগী ইশক অমুক য়েংগ্নরোই।"

অসি হায়রগা মহাক্না সহিলপু কৌহল্লুরগা গাড়ী তৈয়ারিদা লৈরনবা হুকুম পীরগা হায়রকই, "বাবুবু শ্যামবাজারদা থিল্লরগা নথোঁয় হল্লকদবনি। ঐ গাড়ী দরকার লৈ।"

চংলমদায়দা শৈলেশনা মচানুপাবু পুননবগী রা পল্লকপদা মহাক্লা পোক্লবী মমাদা চেজেং কোন্দুনা মমাই শুক্লোক্লুনা লৈরে। মনেগী মদাক্লা চংপদা মহাক করিগুম্বা লুমিত্তস্ত হৈনিংবা পোক্লে। মক্ল ওইনা লুমিং অহুগী রা নিংশিংলুবদা মহাক কৌবগী ঙম্বৈগে লৈথিরে। উষানা মথাদা কোনেশিল্লগা হায়রকই, "সোমেন লৈরৌরসনু, মা নোংমা অমুক চংহল্লবা হায়রহনি।"

শৈলেশনা হায়রকই, "থিভাখোয়গী অদা মা চংমিংদে হায়বা নঙ ভাব ভাই হায়বা-খঙলে।"

“মহাকপু উবদা থরম্বৈ ঐ ভাখ ওাঁরবনি।” অদুঁ হায়রগা মহাক নোকখ্রেং তৌনা মচাপু পুহনা মথক্তা কাঁথংখ্রে।

ঈকুজহুনা চাক চাবগা শৈলেশ শ্যামবাজারদগী হল্লকপদা য়ুংথিল পুং অনিমথায় তাখ্রে। থিডা, মশেনহুপা কেজিঙৌহোন অমম্বুং মহাকী চকি ওরাতক্রক-ওরাতবেং ওবথী লৈশাবী মচলদুগী অমম্ব লোয়নবরকই। বিভ-পুরকপগী অপাম্বা শৈলেশকী লৈরমদে। মহাক মপানা চৎনিংহুনা লাক্লিবনি। উথাংগী মাংখোক্তা থাগী রাকং মথল-মথা রাম্বী। ওগ্রগী মবুংদদা কাকু-কারম হায়জনববনা মহাক্কী অপেনবা লৈতে; মকম অসি য়োরপা মযাম মমাংদ্দা মওং কয়াদা য়েং-থোংনবা মরক্তা লংথহুনা খুজংগী লাইরিক হৈতবী মনম্বু মহাক্কা ভশেংনা লৈখা তাহনগনি, মসিনি মাগী অরেপ্পা রাখল। মবুংগা হেক উত্রবদগী মহাক্কা কজদবা অকনবা রাকং কয়াগা লোয়ননা রাকম অসিমক প্রমাণ পীজুনা উৎনবা হোৎনরকই মহুদি, মতম কুইনদগী ছুংদা কুপী অহুবু য়ুমদা অমুক হল্লা পুশিল্লকপা অসি ওপ্রগী শাথীনা লাকবদা নত্তে, মথোয়গী নোজাম্রবা মপাবুংগী মকমদম্বু মওং অমদা ঊকাইবা পীরবনি। মহাক্কা উপায় লৈতহুনা তাখোক্রম্রবী মহাক অহুবু অমুক লোশিল্লিবা কবিগীদমজনো? সমাজগী মকমদা, মরুপ-মপাংশিংগী মকমদা বরি-মতানি হায়না পরিচয় পীবদা লেমজত্রবী, কদায়দম্বু সামাজিকী থবক-থৌরমদা লোয়নহুনা চৎপদা

মতিক চাব্রবী, অহূনা নত্তনা ইবুংগী মুপীনি হায়হুনা ইনম্মা হায়না কৌবদা হঙ্গোইনিংঙাই ওইবরী মহাকপু মীমংদা মশক কমদৌনা উৎকদগে ?

শকথঙদবা উবাগী মাইকৈনা লেপত্তুনা ক্ষেত্রমোহনব অয়-অনি হায়গদবগী হোৎনরকপমক্তদা মাগী মুপীনা খামহুনা ছুম্মিম লৈরে।

বিভানা শাউহুনা হায়রকই, "তামোনা ঐবু করিম্মু খঙদবোই খনমাল্লে, অহূবু ঐদি পুম্নমক খঙই। মুমদা চংবু চংকাত্রিবৈদা মতম কুইনা লৈজরক্রবা অবহূলবু মুসলমাল্লি হায়হুনা তাম্বোকপিরবে, গিরিধারীবু জাত অত্তোনবনি হায়হুনা খাপ্পা ইম্বোকপিরবে। অম্মুক হাল্লা জাত-পাত খায়বা মীশকা মরি-মত্তা ওইনবদি ঐখোয়না ঙমপোৎ নত্তে! ঐদি অসিগুম্বা মৌবু তুপয়া হেক য়াজনিংদে, মহূদা মানা শাউগে শাউজসনু।"

কনাদা পায়বা হায়রিবনো হায়বা মরায়া খঙই। শৈলেশনা ত প্পা তপ্পা খঙহল্লকই মহূদি, তশেংনা মহূগী মরম নত্তে, মখোয় মপামা মযুম মযুমদা য়াম্না চৎনিংবনমি।

রাকম অসিদা বিভানা মবুংগী চিম্ফত্তা পাউথুম পীরকই মহূদি, ইনম্ম-বেম্মগী মতমদদি মখোয় অম্মুক হাল্লা চৎনিংবা উথিদে, মথাল্লা ইমুংদা খোঙ থাংজিল্লকপমক্তদা মখোয় চেম্মুনা মখরায় হিংজগ্রিবনি।

কজদবা রাতাং অসিগী পাউথুম অত্তে করি লৈরি ? শৈলেশ ছুম্মিমা লৈরে।

বিভানা হংলকই, "মীনাই-মীশলদি ভয়া চেনগ্রে, নখোয়বু হৌজিক কমদৌনা লৈব্রিবগে ?"

শৈলেশনা হায়রকই, "মওং অমদা অদুম লৈব্রি।"

বিভানা হায়রকই, "চংগ্রবশিং অদু অমুক হল্লক্লরোই, ঐ শেংনা খঙই। অদুবু য়ুমদু ভট্টাচার্য্যগী ইমুং পুম্বা ওইহন্দুনা থম্বা য়াদে, সমাজ লৈব্রি। মী অমুক থি-ছম্নগা থম্বু—মীনা করি ভাংনরমগদগে ?"

শৈলেশনা হায়রকই, "তঙাইফরক্রুবদি করিগী থমদনি:"

বিভানা হায়রকই, "কমদৌনবু লৈব্রিবনো নখোয়দনা থঙলিনি—ঐখোয়দি খনবদা খোক্তে।" অসি হায়রগা মহাক মফি হোংলুনবগীদমক্তা হৌগংকদবগী তৌনা তৌনা হায়রকই, "ইপামদা চংভনম্নু লৈভমদে; অদুবু চংলুরগম্নু চা কপ অমা ফাওবা পীথরক্কম্বা য়াই।"

ক্ষেত্রমোহন অমুক কুইবসি ভুম্মিগা লৈরক্লিবনি, মচিল-মৌপবাগী য়া ককথোক-ককশিন ময়ক অদুদা য়া ভাংলুবা পাম্লমদে; অদুবু অমুক ভুম্মিগা লৈথোকপা ভমগ্রদুনা হায়রকই, "হাম্না চংলগা য়েংলুখোদনা, চা করিগুম্বা পীথরক্লুবদি মতমদুদা হায়গে হায়রবন্নু হায়যু।"

বিভানা হায়রকই, "ইমিংনা উরবনি। অহানবা উম্নবা মুমিং অদুদা মাগী মওং উবমক্তদা ঐ খঙলক্লবনি।" অসি হায়রগা মহাক চংগ্রে।

মহাক্না মরাল শিরিবসি শুপচুম চুম্বা নস্তে, থোইদোক্না ঙমিং অহুদা করিগুম্বা থরা উরকপা য়াবগী মাগী মতম নত্রগা পুক্নিংগী ফিভম অনিমক্তা করিমত্তা এইখিদে; মহু মবানিগী মরক্তগী কনাম্ব থজদে।

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "থাঙ্গেশেংবনি শৈলেশ, মখোয়গী রাকমসি করিনো? মীনাই-মীশল পুম্নমক তাম্বোক্তুনা লম্বোই-ঙুবোইবা ওইহুনা লৈরগেরা? হৌজিক হৌজিক করি চারিবগে?"

শৈলেশনা হায়রকই, "চারু হরায় লুচি ছাক—"

"খৌরিদা মহুবু নানশিল্লু য়'বরা?"

"মক্ত ওইনা খৌরিদা নানশিল্লু য়'দে অচম্বনি।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "অচুম্বহু ঐস্ম থজই, অহুগা ঐস্ম তশেং তশেংনা হৈনয়োই মহুস্ম নস্তে— অহুবু মুংঙাইহ্রিবদি অম্বুম হেক্তে রাকম অহু ঐখোয়না লৌশিন্নবা উপায় লৈতে। নহাকপু অহুম্না অহুম লেল্লগে হা'য়না লেপ্লবরা?"

শৈলেশনা ঙাইহাক তুম্মিম্না লৈরগা হায়রকই, "য়েঙোই ক্ষেত্র, অশেংবা রা হায়বা তারবদি ঐনা করিস্ম লেপ্পা নস্তে, লেপ্লনবা ভারস্ম ইথক্তা মানা ননশিন্দে। শুপ্নগী অসিখক্তং লেপ্লখিবনি মহুদি, মানা য়ানিংদনা য়াগী ইমুংগী শিঞ্জ-লাংজবা অহুদা ঐনা অমুক খুং খিংজিন্দবা।"

ক্ষেত্রমোহন্না থোঙলোমদা য়েংহুনা তুম্মিন তুম্মিম্না হায়রকই, "তুম্মিন লৈরো তুম্মিন লৈরো, রাকম অসি মচলনুপীগী মনাকোং য়ৌগ্রবদি অমুক হিংনিংঙাই লৈররোই, মহু হায়জহৌরিবসিনি।"

শৈলেশনা হায়রকই, "মাইকৈ লোমদা করিগুম্বা হিংগ্রবস্থু মাইকৈ অমদদি হিংলগদবগুম খল্লি মহুদি, ভানবা ঙস্বা শেলদগী চংখিবনা হেনবগী অয়াবা য়াথল অসিমদি অমুক লৈত্রে। থন্দুনা য়েংউমো, অহিং-মুংথিল অমিমক্তা শেলদগী থন্দুনদা লৈ, থা অমগী থাথায় চল্লকপগা য়াংলিবা থাথায় অহুমা কমদৌনা লাম্থোকপা ঙমগদগে হায়বগী য়াথলনা চমৈয়ে। মাইকৈ অদোমদদি থোঙ থাংজিন্দ্রে— ঐ হিংলবনি ভাই, শেল পুবা অমুক চেম্নত্রে। থাদা থরা ফংলিবা শেল অহুনা ঐঙোন্দদি মতিক চায়বনি— মুংঙাইরবা য়াকম অসি মঙোন্দগী ঐ থঙলে।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "হায়রিবহু করিনোনে? অহুবু শেলগী চিন্তাবু নতোমদগীরা? ঐদি পুরা খৌজেং য়ৌরবনি, মহুদি থঙলিরোইদে।"

শৈলেশনা হায়রকই, "এলাহাবাদতা চেল্লমদায়দা থা অমগী তলব আলমারিদা থনম্মী। থা অমা পুরা কোয়হনবা পাম্মী হায়রম্বনি। হায়দি করিগুম্বা মতমদস্থু কোয়খিদে, লোমেনগী মমা হিংলিঙৈ মতমদস্থু কোয়খিদে, মা শিগ্রবা মতুংদা ঐ ইশানা শিঞ্জবদস্থু কোয়খিদ্রে। মাগী মখুংতা করিগুম্বা কীহন্দুনবু ওইরবস্থু কোয়নবা শিজিন্নহনবা ঙম্নবদি ফহুম ফমনগ্রবনি। তাম্থোকখিবশিং অহুগী য়াকম পন্দুনা বিভানা শাউখিবা মখোয় অহুম্থু মুসলমান্নি অহুগা অতোনবা জাতিনি হায়হুনা তশেংনমক তাম্থোকখিবরা হায়বদি ঐ তাংদাংবা থঙদে, অহুবু চংলমদায়দা মখোয় চহি অমগী বাকি তারবা তলব পুহুনা য়ায়া হরাওনা মরৈবাক্তা চংখি

হায়রবসিদি ঐ থওই। হরায়-চেংরায় য়োনবা হুকান্দা লুপা চাবগ্নি শিংদোকপ্রে, অহুগা অতৈ শেন্দোল মচা মচা কয়া'মক্ত শিংদোক-খিবগী মতেক-পাই হিসাব তৌহুনা খাতা অমদা ইশিল্লুনা থম্মী—মুংশাথীহুনা হংলম্মী, নওনা তৌরম্লিবসি কন্নি মতৌমো উষা, থাথায় অমা হৌজিকস্থ ৱাংলি—কমদৌনা শিনগদগে ? পাউথুমদা হায়রকই, "ঐ অওাং নত্তে, জ্ঞান অহু কাওবদি ঐগী নৈ। চাবদা থুদোং চাদবসি ওসি কাওবা মাগী মথুংতা গুপশিং কাওনা থোক্তে, অহুবু হরায়গা চাকদনা ঐগীদি অমৃতনি, দর্জি অমদি কি য়োনবগী বিল অহুগা হেংগুমোট তৌহুনা পুরুবা অহুদগা শিংদোকপা ওমলমু ভাই, অহু ওইরবদি ঐ শোয় চনিং তানা হোনবা ফংলগনি।"

ক্ষেত্রমোহনা কন্নিনো হায়গে তৌরকই, অহুবু মাগী মুগী চংলকপা উরহুনা ভুশিন্না নৈপ্রে।

কার থৌদোরক্রবদা মখোয় অগুম কাথংভুনা কয়রে। লমশাং চুপ্পা ক্ষেত্রমোহন ৱাখল অমদা ওাউহুনা নৈ, কনাগী কন্নিওম্বা রা অমত্তা মহাক্কী নমাকোংদা চংজখ্রে।

## তরেৎ

অতম ইকুই কুইদনা শৈলেশ্বরগী ওমাংদা গাড়ী ৎ রয়ে। ইম্নুংদা চংবদা অহানবমক্তদা সোমেনগা থেংনৈ। মহাক কয়লা ঙুগাৱদনবা নুংথং লৌক্রগা থোঙজিন্দা কমহুনা মাগী রেলগাড়ীগী

চাকা শেম্লম্মী। মহাকী মশক উবদা খঙহৌদনা কনাম্বু বা অমত্তা ঙাংবা ঙমদ্রে। মাগী মন্নাইবক্তা, শৌম্বিদা নাত্তোন্দা, খবাক্তা, পাম্বোমদা হায়বদি হকচাংগী মথক থংবা শক্লকমথৈ মন্নাং-তুন্নাংলবগুম্মী। গঙ্গাগী ঘাটতা কোইচৎ চৎপা পাঙানা অঙৌবা, অঙাংব, নাপুনা মবৈবাকী জগন্নাথদগী হৌহুনা থা-ভারত্তকী রাম-সীতা কাওবগী মঙং কন্না কন্নাগী দেব-দেবীগী ছাপা মশীং থিঙ্গমদনা নম্না মান্নি।

বিভানা গুমগী হাইকেৎতং কবেম্মনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "য়াম্না কজদ্রে ইবুংঙো, পুন্সিয়ু!"

শৈলেশ মখোয় অনিগী মমাংদা চংশি-শিবগুমদ্রে। মহৌশানা মহাক অতপ্পা মীশি, কবিগুম্বা মরম অমগীবু ওইন্নবগু চৈ-থাংবা ইন্নাং তৌবা মহাক হৈনদে, অহুবু মচলগুপীগী থোইদৌ শিকপা ষাঙাং অহুনা খঙহৌদনা মহাকপু থাংবা ঙমহল্লে। মচানুপাগী মথজায়দা মখোল হৌনা থুবাক্তা থারগা হায়রকই, "অঙাওবা অপঙবা! কদায়দগী তৌরক্লিবনো পুম্নমক অসি? কদায়দা চৎলুই?"

সোমেনা কপ্পা কপ্পা হায়রকপা থন্না অহুদগী খঙবা ঙম্মে, ঙশি অয়ুক মহাক মমাগী মতুং ইন্দুনা গঙ্গাস্নান চৎলুই। শৈলেশনা মাবু লুশমদা পায়হুনা ইন্থ্রগা হায়রকই, "চৎলো সাপোন লোইহুনা শেংনা লুথোকলুচো, চৎলো হায়রিবসিনি।"

মখোয় অহুম মহাকী লাইব্রেরী কাদা চৎলক্লে। মচিল-মৌপবা অনিমক কা হেম্না মাইথোং মকশিন্নি — মিনিট থম্নদি

কনাস্থ বা অমত্তা ঙাংদে। শৈলেশকী ঈকাই-খুংগি য়ায়বা মাইথোংনা কোংদোক্লি মহুদি, অদু য়ৌনা হেক্তিরককি হায়বা মহাক্কু' মখংদা কাওবা খন্দে, অদুবু বিভানা বা ঙাংত্রবস্থ চাউথোক-চবগা লোয়ননা অস্থুয়া হায়বগুম ভৌই, মসি পুম্নমক অসি মথাক্কা খঙলবা রাকম্নি। মতৌ অস্থুয়া ওইরকপসি মশানা তারবনি।

ক্ষেত্রমোহন্না বা ঙাংলকই। খঙহৌদনা মহাক্কা নোকথোক্লগা হায়রকই, "শৈলেশ, নহাক্কা চাগী কপ্তা ঈথক হেক্তা হৌহল্লেনা! কররিনি হায়হ্না অঙাং ফুক্লরিবনো? নথোরগা তাল মায়না চংপা ঙম্বাং নত্তে!"

মপুরোইবগী বা তাবদা বিত্তা ঙকপনা ভোকম খঙদবগুমগ্রে, মপুরোইবগী মাইথোংদা য়েংলগা হায়রকই, "চাগী কপ্তা ঈথক হৌবা হায়বদি কমদৌননো? নহাক্কা মসিবু অঙাংনা শায়বনি হায়না খন্দোকপিবরা?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "থোইদোক্কা তমথীবা কররিনো অমা ওইরম্লোই হায়বদি ঐ য়াদবা ঙমদে।"

"অদুগী অর্থদি?"

"অর্থ য়াম্না লায়। ঙসি শোরননা পঙ্গান্নানগী থুখিং অমা থোক্লমললি, সোমেন চংশিন্নরমললি, শ্নান তৌশিন্নরমললি। নোংমা কাদোক ভোতি ঈশিংনা ঈরুম্বদনা ঙাইহৌদনা কনথঙুবনা কন্নিঙবা পঙ্গাদা স্নান তৌরবদা পাপ চাউনা পুরগদ্রা, ঐ খনবদা লাম্বা কংদে।"

বিভা মপুরোইবনা শাজীনা হায়রককই,"অদুগী মতুংদদি ?"

ক্ষেত্রমোহননা পাউখুম পীরকই, "অদুগী মতুংগী ৱাকমদি খোইদোক্লা ইচম চম্বনি। ঘাটতা মশীং থিজমদনা কোইচং চংপা শাংজা নৈ, কনাগুম্বনা পৈশা অমা অনি পাম্বদগী অহাংগী মশাদা-চন্দনা হাপা নম্বা য়াই। মসিদা হাংন-শুনবগী ৱাকম করি লৈগনি !"

বিভানা অশাউবা খোঞ্জেলনা হংলকই, "মসিগী ফল খঙ্হনা ঙংবিরবরা ?"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "সুংখিলদা খোঙ-খুং হাবদোকপা মতমদা মশানা অহুম কোকচখিনি— মসিনি ফল।"

বিভানা হায়রকই, "ও:—মহুরা! নহাক্কী নচা-নপু লৈরম্লবদি, নহাক্কা অহু ওইরবদি অস্থুম্বা তৌহনবা তারেমে!"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "ঐগী ইচা-ইপু লৈতবনিনা মসিদা তর্ক তৌরুবদি অরেম্বনি।"

বিভানা খঙ্খোঙ্বদা ফিং পান্দুনা হায়রকই, "তর্ক তৌবা অরেম্বা ওইবা য়াই, অদুবু মসিগী দাগ অদুক লাক্লনা মুংশিনবনু য়াই। মচা-মপুশী তুংগী পুন্সিগী ওইহৌপদ্রবদু থন্দুনা থবক তৌবা তাবনি। ওসিগী থৌদৌ অসি য়াম্না চুমদে, ৱাকম অসি চাম্মক হনা হায়গনি, মদুদা নখোয়না হায়নিংবদা হায়রবসু।"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই,"নখোয় অমতনি—ঐদি ইতোম্বনি। লৈলেশনদি শুবাক্লা থাহনা অদুগা লুশমদা পায়ডুনা নমন্থুনা

প্রায়শ্চিত্ত ভৌগ্রে—অহুবু ঐনা আশা অসি কাওবদি তৌদে মহুদি, অচম্বা ওজা অমগী মচানিঙোল লাক্লগা নোংমতদা মেম-সাহেব হেক্তা ওল্লু যাগনি হায়বা। অতুমা মহু ওইনিংবা ওইজবসনু, নখোয় নচিল-নৌপরা অনিমা মসিগী অক-কত্তা বিচার তৌহোরো ঐদি হৌগংলনি।"

শৈলেশ ভুম্মিন্না নৈররকই, মহাক্কী মাইথোং য়েংলহনা হায়রকই, "কদায়দনোনে ?

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "মথক্তা। ইচে-বেম্মগা অমুক্তা শকথঙ-মাইখঙনরুগে।" অসি হায়রগা ক্ষেত্রমোহোন অমুক রা মথা তারমদনা মপান্দা থোকপ্রে।

মথক্তা কাখংলগা ভুম্বম কাগী থোঙজিল ময়াদগী কৌহুনা হায়রকই, "ইচে-বেম্মা নমস্কার।"

উষানা মমাই নৈথোরক্লুনা য়েংলকপগা লোয়ননা মকোক্ খুমহুনা হৌগংলক্লুনা লেপখংলক্লে।

সোমেন মনাক্তা কমহুনা মম্বাগী থবক্তা মতেং পাংলম্মিমাক্লে, হায়রকই, "মামা।"

উষানা লাপ্তক্লা নৈবা চৌকি অমা উৎতুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "কম্বিয়ু।"

মহাক্কী মায়োক্লবদা নৈম্বিবা আলমারি অনি অহু থোক্ত হাংদি, নৈমায়দা পৈহুনা মওং কয়াগী কি, ফুরিং, শাড়ী, জেকেট, কোট, পেন্ট, মোজা, তাই, কোলর— কয়া কয়ানো হায়বা মশীং

খিবা লুনা খোকই,—ক্ষেত্রমোহন্না চৌকিদা কম্লগা হায়রকই, "ইচে-বেম্মনা তৌবিরিবহ্ করিনো ?"

সোমেয়া মপৈ অহ্গী মরক্তগী মোজা জোড়া অমা লৌখোক্লগা হায়রকই,"জোড়া অসিমগা অমুক কংলে। অসিথক্তা শেগায়বনি—য়েংউন্নি ইন্না।"

উষানা মচাগী মখুংতগী মহ্ লৌরগা অতোপ্পা মফম অমদা থমগ্রে। মহাক্না পোং থম্বগী ফজবা মওংহ্ উবদা ক্ষেত্রমোহন্না হাইকেং ওক্না হংলকই,"মসিবু অথাপ্পা আশ্রমদা পীখিনবা খন্দোক-খক্লিন তৌবিরিবরা, নত্রগা শেগায়-ভুগায় খন্দোকপিরিবরা ? করি তৌবিরিবনো হায়বিয়ুদনা ?"

গুঙ্গং-নিঙোল মো অনৌবীনা মহাকপু উবদা ঈকাইবনা তশেং তশেংনা তৌকম খঙদবা য়াই হায়না থন্না থন্না চংলকপনি, অদুবু উধাগী লোনচং-শাজংতা মহ্গুম্বা করিস্ব কোংদোক্তে। মহাক্না মমাই লোনখংতুনা য়েংলক্তে হায়বদি য়াই ; অদুবু রাহ্গী পাউখুমদি অচম্বা খোজেলনা পীরকই, হায়রকই, "পুম্নমক অসি লোইশিনবা ওমগত্রা খল্লিবনি। মোজা জোড়া অম্বুক য়াম্না লৈবসিনদি চহি তরা অমুক লৈদনা শিজিন্নবা য়ারগনি।"

ক্ষেত্রমোহন্না মিংকুপ অমা ভুন্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "ইচে-বেম্মা, হৌজিক কনাস্থ লৈতে, তাঙ্গা অসিদা বা অমত্তা শং হায়জহোগে। নচল নুপীবু উবদা মাগী মপুরোইববু মাগী মতৌগুম পুক্লিংদা খনবিক্লগনু। মপালগী ফিজেং-চাকচা অমদি শাজং-পুজং উবদা ঐবু ফিরিঙ্গীনি খনবিক্রগনু, ঐদি ইচম চম্বা

থাঙালীনি। কনাগুম্বনা গঙ্গাস্নান তৌরুই তাবদা মাবু ফুথা ঐ পাবদে ; বাকম অসি হান্নবা থগুহল্লহৌরিবসিনি।"

উষা তুম্মিন্না লৈ।

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "অদুগা বা অমগন্দু তুম্মিন্না হায়রহৌগে। সোমেন ফুখিবদুদা শৈলেশপু লান্না লৌবিরবদি বিচার চুমদবা ওইনা খোরুনি। অদুক হাক্লা মতিক চাদবা মীশক্তি মহাক নত্তে।"

উষানা বাকম অসিগীন্দু পাউথুম অমত্তা পীদে, তুম্মিন্না লেপত্বুনা লৈ।

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "হৌজিক ইচে-বেম্মন্দু ফঙ্গিয়ু। ঐগীদমক্তা মতম মাংহনবিগন্নু।" ডাইহাক্তং তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "লক্ষ্মী চেনবী ইতৈমনা খুংনা গুবা থবক উজহুনা ঐন্দু য়ুম্বানবগী থবক-থানা থরা তমজগে।"

উষানা লৈমায়দা কমথরগা নোকক্তং তৌনা হায়রকই, "সুপীগী থবক অসি ইবুংঙোনা হৈবিরুবগী কান্নবা করি লৈগদগে ?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "মসিগী পাউথুম নোংমা অমুক পীজগনি, ডসিদি পীরোই।"

উষা মথুংকী থবক তুম্মিন্না তৌহুনা লৈ। অদুবু ডাইহাক্তং লৈরগা হায়রকই, "পুম্নমক অসিদি লাইর-অতোনবগী থবক্তি, ইবুংঙোখোয়না শিস্থা অসি হৈরুবগী করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা লৈরোই।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "ইচে-বেম্মা, মপালগী মিং থকপা পোৎ উবগা করিগুম্বা ইচে-বেম্মনা কাওবা লান্না লৌবিরবদি

সংসার অসিদা ঐখোয়গুম্বা লাইবক মিরবশিংগী মৈচাক থজবিগদবা কনা লৈররোই। ঐগী ইচলদুপী ইচে-বেম্মগী লক্ষ্মী চেনবা শিন্থাশিংন্থ হৈজরবা অহু ওইরবদি মহাক বিন্ধা অহু পুহনা মুপা মযুমদা চংচখিবা জমজগনি।"

ঊষা ভুম্মিন্না লৈ।

ক্ষেত্রমোহন্না অমুক কবিনো অমা হায়গদবগী ভৌরকই, অদুবু থজহৌদনা খোঙউপ কয়াগী মখোল সিঁড়িগী মথাদা তারকুনা ভূপ্লগী অম্মুম্নদা হায়রকই, "মখোয় লোইনমক মথক্তা কাখং লকদৌরিমাল্লে। শৈলেশকী মচলগা ঐগী ইচলগা মপালগী ওইবা ফিজেংতা মাল্লবা উগনি, অদুবু থম্মোয়ংমুংস্থ ছাচা অমন্তনি হায়নদি লৌবিন্থ।"

ঊষানা ভূপ্লগী নোকফেং তৌহনা মঙক নোমহনা হায়রকই, "ঐনা মশক থজবা জম্বা য়াই।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "জম্বা য়াবা? লোয়রনা জমগনি, মসিস্থ ঐ ভশেংনা থজই।"

## নিপাল

সিঁড়িদগী খোঙউপ মখোল তাখিবা মখোয় অহু শৈলেশ, বিভা অমম্মুং বিভাগী মচলমুপী উমানি। শৈলেশ অমম্মুং বিভা ইমুংদা চংলক্লে, উমানা খ্বাইদগী ছুং থংলকই, মহাক্না খোঙজিল কানশিল্লকে

তোঙকপকতনা মহাকী মবুংনা মহাকদু মিংকী ইজিতনা থাগ্নগা হায়রকই, "খোঙউপ অদু লৌথোক্লম্মু উমা।"

বিভানা হন্না য়েংলুরগা মপুরোইবদা হক্লা হংলকই, "করিগীনো হায়বিয়ুদনা ?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "দোষ করি লৈবগে ? খোঙদা য়ুগদবম্মু লৈতে, খুদি থিগদবম্মু নত্তে।"

বিভানা হায়রকই. "মদু ঐ খঙই। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা করিগীদমক্তা খোঙউপ লৌথোকপা দরকার ওইরক্লিবনো মদুখক্তগি হংজরিবসি।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই,"ইচে-বেম্মদা ধর্ম্মদা থাজবীনি, অদুদা নত্তনা গুরুজনচিংবগী কাদা চংবদা মদু খোঙদা তোংদবনা হেন্না ফজরম্বা য়াই।"

বিভানা মপুরোইবগী মখোঙদা য়েংলুবদা উরে, গুপ্নগী মচলন্নুপীদা পাউতাক পীবদা নত্তে, মহাক মশামকম্মু মসিগী মমাংদা মদু তাক্লম্মারে। মদু উবদা মহাক মৈ হৌরক্লে, হায়রকই, "গুরুজনশিংদা লৈবা নহাকী ভক্তি-শ্রদ্ধা চাংদম্লিংতাই লৈতে। মদু ফরিবমক্লি, অদুবু মদুদা কা-হেনবদি অকবা নত্তে। গুরুজনগী মসি তুম্ফম কা নংলমদনুনা লাইগী মন্দির ওইরম্লবদি হসি নহাক তপেংনা থণখি মচুম থক্তুনা শেংদোক্লগা চংলম্বা য়াই।"

মুখীনা শাউবা উবদা ক্ষেত্রমোহন্না নোক্লকই, হায়রকই, "মন্দিদা অপাম্বা লৈতে, মদু ইচে-বেম্বগীদমক্তা ওইদুনম্মু ইটিনসিদা

থকপা ঙগ্লোই, অহুবু ঈশ্বরগা করিগুম্বা অফবা লম্বী অমত্তা লৈনদে, অহুগা মরম চাদনা মাগী মন্দিরদা চংতুনম্মু ভিং-পাত তৌরম্লোই। করে, ইচে-বেম্ম', কা অসিদদি হান্নম্মু কম্মারক হন্না চংলকখি, অফবা কার্পেট ৼমা থারম্বরা হায়না থম্লি, মহু লৌথোকপিরিবা করিগীনে?"

উষানা হায়রকই, "শুব-চাম্বা য়াদে, অদুনা য়াম্না মোংলি। তুক্ষম কা—"

বিভানা করেম্নবগী মওংদা হংলকই, "কার্পেট থারবদি কা মোংপরা?"

উষান' মহাক্কী মাইথোংদা য়েংতুনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "বিংনা উবা ফংদবা অচুম্বনি, অহুবু মথাদদি উফুল-লৈঙোই পৈশিন্দুনা ননশিন্দুনা লৈ।"

বিভানা মহু য়ানিংদবা ফোংদোক্লকদবা মাম্লি, অহুবু মপুম্নোইবগী অকনবা খোঞ্জেলনা থঙহৌদনা মহু ননশিনহনখ্রে। মহাক্না খোইদোক্না মথরায় য়াউনা হায়রকই, "অচুম্বনি অচুম্বনি, ইচে-বেম্মা, অমোংপবু কুপশিনগ্রবদি ঐখোয়দি য়ারবনি— মহুদগী হেনবা ঐখোয় পামদে। পোং অহু মিংকী মরুমদা লৈবু লৈগ্রবদি ঐখোয় নুংঙাইজরিবনি। কম্নি হায়বগে শৈলেশ, চুমগ্রনে?"

শৈলেশ বা ঙাংদে। বিভা শাউবগী ঙমখে লৈখিগ্রে; অহুবু অশাউবহু কাথরগা মহাক য়েংনরুদনা তুম্মিন্না লৈ। মখোয় মতৈ-মনাও ওইবগী অশেংবা নুংশিবা অমম্মুং চান্নবা করিমত্তা হম্বরমদবা য়াই, অহুবু মপালদদি সংসারিক্কী লোনচং-শাজংত্তা

য়েংন-খোংনবদা ভত্তনা ওমথৈ লাম্থোকপা উই। মীমাংদা য়েংনবদা কয়িগুম্বা মওংদম্মু মাইথীরে হায়বা মশানা থক য়াম্বা ওমদে, মসি মহাক্কী স্বভাবনি। হীরম অসি তোইনা উবা ফংই, য়াকম অহু ভুংদা অসুম অসুম চাউংখোরক্লুনা মওং অমা ওইরকপা য়াই, অসি কৌহনা অয়াম্বা মতমদা ক্ষেত্রমোহননা হন্দুনা ময়াইদা লান লে থহল্লক্লিবনি। অহুবু ওসিদি মহাক মহুগী য়াথল লৈতে, মসি ওাইহাক্কী ওইনা থল্লক্লুনা বিভানা মশাবু ফাথজরিবনি।

মক্ক ওইনা মহাকপু ওাকপিনবা মফম ওসি ক্ষেত্রমোহনগী থম্মোয়দা শুপ্লে লৈরে। ম'গী মরাল খিরগা অয়াকপা য়া ওাংবদা বিভাগী মওং অমদা হৈনবী ওইরক্লবনি। অয়াম্বা মফমদা মসিদা হৌন-থওদবা ওইবা নত্তনা অকায়বা কয়িম্মু লৈতে; অহুবু মরাল লৈজদবী মো অসিগী মায়োক্তা অহানবা শুমিংতগী মহাক খ্বাংচেং লাকথংগ্রবনি, মরাল লৈত্তনা থাংওমদবা অরা-মৈশা লাংলক্লবা ভুংদা ইথও থওহোদনা মপুরোইবগী য়ুম মচি'মদা চংজকম ফংলিবী মহাক্কী লম মচেং অহুথক্তগী মহাকপু তাম্থোকখি-নবা থৌরাংলি অমম্মুং মপুরোইবা অমগী থম্মোয়দম্মু অয়াবা অমদি য়ারোবনা থলহন্নবা শিল্লি। অহুম ওইনমক মহাক অসিমক্কী খুয়া-উফুল ওইবা ফাওবা কনাগী মতিক লৈতে, অচুম্বা অসি মিংকুপ্তা উবা ওয়্রহনা ক্ষেত্রমোহনগী ওমচাক্লয়বা পুওমজ্রবা থম্মোয়না বিভাবু কয়িগুম্বা মওং অমত্তদম্মু ওাকপিরে। অহুম ওইনমক য়াকম অসি কোংদেংক্লুনা হায়বম্মু অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং হৈরবা কাংলুপ অসিদদি অচুম্বা লুনা থোকই। অহুদি

ওইরগা মওং কমদৌহুনবু ওইসন্নু, অচুম্বগী ফিজংনা মসিবু কুপশিনবা তারিবমক্লি।

ক্ষেত্রমোহন্না মচলমুপীদা অতয়না হায়রকই, "উমা, নহাক্কী খুঙংগী নচে-বেম্মা অসিগী মনাক্তা লাকুনা করিগুম্বা মুংথিল খুদিংগী কম্বা ওয়্রবদি ওইনিংবা মওংগী য়ুম্বান্দা খোকলুহুনম্মু ইবুংগী ইবেম্মা, নহাক অরাবা থক নংলোই হায়হৌরিবসিনি।"

উমা মোমোন তৌনা তুম্মিন্না লৈ। উঘানা মমাই নোনখংতনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি করি অমুক ওইগনি! ইবুংঙোখোয়গী সমাজদগী মাবু ইঙ্খোকপিরগনি।"

ক্ষেত্রমোম্না হায়রকই, "ইঙ্খোক্কে ইঙ্খোকচসন্নু। অদুবু মখোয় মতৈ-মনাওদি মুংঙাইনা পাজগনি হায়বা অসিদদি শেল থানবা ওমগনি হায়জহৌরিবসিনি।"

শৈলেশনা বিভাদা চিংনা অমুক্তং য়েংলগা করেম-কথাইনহুনা হায়রকই, "শেল থানদ্রবস্তু য়ারগনি ভাই, হায়রিবা অসিনা অদুম ওক্লে।"

ক্ষেত্রমোহন্না পাউথুম পীহুনা হায়রকই, "অদুগা ওইনিংবা ওইজসন্নু, ওসিগী রাকম অসিমতং করিগুম্বা কাউদবা ওয়্রবদি অরেম্বদা মুংতিগী খোঙ-মোজা লৈবগী খুদোংথীবদগী মক ওইমা মাগী মপুরোইবা নাঙ্খোকচবা ওমগনি।"

বিভা মহু কাওবা তুম্মিন্না লৈরক্লি, অদুবু অমুক তুম্মিন্না লৈখোকপা ওমদ্রে। তমথীনা শাউনিংবা থরমথে লোংতুনা নোকখেং তৌনবা হোংনরগা হায়রকই, "মাগী তুংগী পুন্সিদা

মোজা কোৎপগী দরকার লৈতবস্থু য়াই। কোৎলুরবস্থু মাগী মপুরোইবনা তোংউ য়ারোই। হায়রদগী করিস্থু হায়রুবা য়াদে।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই,"করিগী য়াদনি, মিৎ পাংলবদি হায়বা ঙমগনি। তশেংনা জহাজ থৌরিবা মহাক অচুদি ঈশিং ঈশিংচুগী মশক উবদা অরু-অথেন খঙবা ঙম্মী। ইচে-বেম্মনা জহাজদা থোঙ থাংজিন্নকপমক্তদা জহাজ লুপথিগদোরে হায়বা খঙবা ঙম্বিগ্রবনি, মসিদা ইচে-বেম্মবু লিশিংলক হন্না থাগৎচরি। অচুগা শৌলেশকী মাইকৈদগী লাক্ষ-কোটিরক থাগৎতুনস্থু কান্নবা লৈতে।"

উষানা থোইদোক্না ঈকাইরতুনা নোল্লুকপগা লোয়নবা হায়রকই, "ইশাগী ইয়ুমদা ইপুরোইবগী ফিভম খঙনবা হোৎনবদা থাগৎ-নিংঙাইদি করিস্থু লৈতে, ক্ষেত্রমোহনবাবু !

বা অসিগী পাউখুম বিভানা পীরকই। মহাক্না হায়রকই, "মরু ওইনা মশাগী মুপীবু ঈকায়বা পীবগী থবক পাংথোকপিবা লোইরে। অচুদা নত্তনা চাক্লি-ফিনিবা কনাগুম্ববু উরবদি কনাগুম্বগী থম্মোয়দা ভক্তি-শ্রদ্ধা হেক্তা পোক্লম্মা য়াই।"

উষানা মমাই নোনথৎলগা হায়রকই, "ইপুরোইবগী ফিভম খঙনবা হোৎনববু চাক্লি-ফিনিবা কৈবন্না ইচল-ইবেম্মা ?"

ক্ষেত্রমোহন্না খুদক্তা হায়রকই, "নত্তে, কৌদে। পৃথিবীগী কনাগুম্বা হোন-খঙবা মীশক অমত্তনা অসিগুম্বা বা চিন্দা কাওবা পনবা ঙম্মোই। অচুবু মপুরোইবগী মমিৎতা মাগী মুপীবু থোইদোক হেন্দোক্না অতোমবনি হায়না লৌহন্নবা হোৎনববু থম্মোয়গী

করি থৌইনশিন কৌবগে, ইচে-বেম্মগী নচলনুপীদ। থোইদোক্লুহুম হংদোকপিয়ু।"

বিভাগী মচিন্দগী পাক ফেক রা অমঙা ঙাংথোকপা ঙমদ্রে। ভুত চুবগুম মহাক্না রা ঙাংলিবদা অমুক শৈলেশকী মাইথোংদা অমুক চঙক্লনা য়েংলকই। অসুক য়াম্না মীয়াম মমাংদা মহাক্কী মপুরোইবনা তশেংনমক মহাকপু মতৌ অসুম্না ঊকাইবা পীবা ঙমগনি হায়বা অখানবদা মহাক থাজবা ঙম্লমদবগুম্মী। অদুগী মতুংদা শৈলেশকী মাইথোংদা মাগী মিংম্লেং থম্লহুনা থঙহৌদনা কপথোরক্লে, হায়রকই,"মসিগী মতুংদদি নখোয়গী য়ুমসিদা চংলকপা অমুক ঙম্লরোই দাদা। ঐ অদু ওইরবদি পুন্সি চুপ্পগী ওইনা চংলগনি।"

শৈলেশ তৌকম খঙলক্রে। ঊষানা মখুং ৩া পায়রিবা থবক থমহুনা তৌকম খঙদনা মহাক্না মখুং পায়শিন্দুনা হায়রকই, "ঐখোয়দি নঙোন্দা করিগুম্বা রা অমঙা হায়খিদে ইচল-ইবেম্মা।"

খঙহৌদনা ক্কজদবা থাকম অমা ওইদ্রে অমম্থং চয়াংনবা ৈচরক অসিদা ক্ষেত্রমোহন ভুম্মিয়না মপান্দা থোকদ্রে বিভানা মখুং শংতোক্লগা মপী তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই,"ঐনা অদোমগা য়েক্লনবদা শিল্লবনিনা মতমসিদদি ঐনা য়ুমসিদা চংলকপা চুমদ্রে।"

ঊষানা হায়রকই, "অদুবু অসিগুম্বা রা ঐদি কৈদৌঙৈদস্সু খন্দে ইচল-ইবেম্মা।"

বিভামা রা অসি মনাদা ফাওবা হাপখিদ্রে। পীনা ফুনগংলক্লবা খোঞেলনা হায়রকই, "ঙসি মহাক্কী মচিলমক্না ময়েক শেংনা

হায়রিগ্রে, হৌবং দাদানস্থ হায়বিরকপা য়াই— মহাক্কী অনৌবা যুম্বান্দা য়া ঙাংলুব। ওপ্নগী ঐকাইবা নংনবদনি। ঙমা, য়ুমদা চংলগে হায়রবদি চংসি লাকও।" অসি হায়রগা মহাক্না মখাদা কুমথনবা থৌরাং তৌরগা হায়রকই, "ইনম্মা-বেম্মা লৈত্রবা মতম অসিদা য়ুম অসিদা চংলুবসি ঐগী অয়ানবনি। হন্দক্তি য়ুম অসিগী মরি পুম্নমক তংনরবনি।" অসি হায়রম্নগা মহাক সিঁড়ি কুমথত্নমা মখাদা চংগ্রে। শৈলেশনা মতুং ইন্নরক্লগা চিংনবগা লোয়ননা হায়রকই, "নত্রগনা ঐগী লাইব্রেরী কাদা চংহনা ঙাইহাক্তা কমল্লুগিসি বিভা।"

বিভানা মঙক হাইহনা হায়রকই, "নত্তে। অহবু ঐগী ইনম্মা-বেম্মহবু পূমকাউদি কাউথোকপিখিবুকো দাদা। সোমেন বিলাক্তা থাহনা লাইব্রিক তমহন্দুনা মী ওইনবা শেমজবা মহাক্না য়াম্না পামজরকই— নহাক্না চানবিয়ুকো, মাবু মাংহনবিগন্থু। ঙসি মাবু ঊজবিবা ফিভম অস্থুম্না অস্থুম চংথরবদি সমাজ মমাংদা মাই ঊংপা অমুক ঙম্নরোই।"

মহাক্কী হিক-হৈবা থোক্কেল তাবদা য়ুংশাথীহনা শৈলেশনা হায়জরকই, "নহাক ঐগী মপালগী কাদা থোক্লসি ইবুংগী ইবেম্মা, মতৌ অস্থুম্না চংগ্রবদি ঐগীমুংঙাইহৌদবগী ঙমথৈ লৈররোই।"

বিভাগী মমিংতগী অমুক হম্না পী শিন্দুরক্কে। সোমেনগী ছুংগী পুন্সি থম্নহনরা করিনো থঙদে, অহবু ফিজিনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "কদায়দম্থ অমুক কমলুনিংত্রে দায়া, অহবু সোমেনদি

ঐখোয়গী ইপামগী শাগৈগী অমত্তা ঙাইরব্া পিবানি, মহাকপু খরা য়েংশিনরিঘু— নশাবু, পুরা কাউংতোকচগনু দাদা।" অসি হায়রগা মহাক্না চুমত্রিংবা মপান্দা খোরক্লগা, গাড়ীদা কাখৎতুনা কয়রে। উমা ঙসাইদগী তুম্মিন্না লৈরকই, হৌজিকসু রা অমত্তদসু রাপাংলুদে, মনা-মনিল নাইদনা বিভাগী নাকন্দা কয়রে।

শৈলেশনা মতুং ইন্দুনা লাক্লগা খঙহৌদনা হায়রকই, "বিভা, সোমেনবু অহ্ ওইরগনা নহাক পুগ্রো। নঙ নশাগী নচা-নও চেন্দে, মাবু নচাঙ্গুম্না মী ওইননবা শেম্মু।"

বিভা অমত্তুং উমা ঘবানিমক শাথীনা চঙকুনা শৈলেশকী মাইথোংদা য়েংলকই। বিভানা হায়রকই, "করিগী ওইরোইদবা রা ত্রাকপিরিবনো দাদা, মহ্ নহাক্না ঙঙোই— ঙমহনবসু ঐ পামদে।"

শৈলেশনা ঙাইহাক্তী ওইবা রাখলনা লমজিংহুনা হায়রকই, "ঐ শোয়দনা ঙমগনি— মসি নঙোন্দা হায়রিবসিনি বিভা।"

বিভানা মঙক মোমহুনা চিংনবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "ঙম্নবদি কয়বনি। মাবু থাবিরকও। মাবু অরাংবা থাক্তী মহে তমহন্নবা শেল লৈবিত্রবসু ঐন্মু হায়জহৌরিবসিনি দাদা, থৌদাং অহ্ ঙসিদগী ঐনা লৌরবনি।"

অসি হায়রগা মহাক্না উমাগী মিংথেং মতুং ইন্না য়েংলুবদা উরে, মথক্তী মাঙ্গোলদা লেপতুনা উবানা মখোয়দা তুম্মিল্লা য়েংহুনা লৈরম্মী।

থংনবা মিংকুপ্তা কার থোৌহনা চংথ্রে, মনুংদা চংলগা শৈলেশ মহাক্কী লাইব্রেরী কাদা ফময়রে। মথক্তা কাথংলুবা মহাক পামদ্রে, হৈনিংবস্মু পোক্লে। রা অমত্তা চিংথদনা উবানা ভাগ্রে হায়বা মহাক্কা খঙদবা করিস্মু লৈত্রে।

## মাপল

অহিংদা চাক চানবা মপুরোইবমু কৌহল্লুরগা উগা অতে নুমিংকী মতোৌগুম ফয়ে। ওপ্পগী সোমেনদদি ওসি মাগী মনাক্তা লৈরদে। মহাক তুমখিয়মা য়াই, নত্রগনা হৌজিকমক করিনোমা থোক্লবা য়াই। শৈলেশ লাক্লে; মহাক্কী মাইথোং থোইদোক্লা মকই,—মশানা ভাবনি। অরেম্বদা রা হংবা উবাগী স্বভাব নত্তে, অদুগা খঙদবা অদু খঙনিংবনস্তু করিগুম্বা লাংতক্লবা অমত্তা কোংদোক্তে। নুপীগী স্বভাব অসি মরু ওইনা শৈলেশনা নুমিং থরনি অসিদা খঙবা ওয়বনি। চাবা ফম্বদা মহাক্কা মপুক্কিংদা বারৌরকই, অদুবু ওকি ওক্তে। মিংকুপ খুদিংগী লোয়া মহাক্কা মাগী মাইথোং য়েংনবা হোংমরকই, অদুবু মহাক্কা তশেংনা থাজরে, উবানা তৌপে মতাগুম মৈওান্দগী মমাই লৈথোক্লনা ফঙ্গিবনি। ওসি মহাক চাবদা খোইদাদবগী মরমদি তোঙানবনি; অদুম ওইনমক হংলক্তনস্মু মশানা হায়জদুনা তাহল্লকই মদুদি, হৈনদবা চিঙ্গাক চাবা নুমিং মরিনি মঙানিদি চংনবা য়াই, অদুবু মুংতিগী ওইশিল্লক্লবদি মহাও লৈরক্লে—মতম অদুদা হৈনদবা অদুনা শং-নৈবগুম থোক্লে।

বাকম অসি তর্কগী মাইকৈদা ওইনিংবা ওইজসন্থু, মতাং অসিদা মসি অচুম্বা নত্তে হায়বা খঙহনা উষা তুপ্পিন্না লৈ। মীনম্বা হায়বা অসি মতম লৈবা খিবিক্তা মীনম্না ওইহনা লৈ। মসি প্রমাণ তৌননবীদমক্তা তর্ক তৌবা মহাক্না পামজদে। অহুবু তুপ্পিন্না লৈথোকপ্রবদি বা ঙাংলিবা মহাক অহু বারোই। অহুনা তুম্বা চংলকপদা শৈলেশনা কামদবদা হায়রকই, "ঐখোয়না নোংমা নঙগী নকমদা থোইদোক্না অরাবা পীখি, অহুবু অহুনি হায়রুনস্থু নহাক্না নপ্রবদি অতোপ্পা কনানস্থু য়ুম্বালোন শিনবা কেরোই খল্লিবা অসিদি য়াম্না লাল্লি ."

অসিগুম্বা অকনবা বাহৈ শৈলেশনা অহানবা মুমিংতা কাওবা পনখিদে। উষা মপুক্লিংদা থোইদোক্না ওক্লম্বা য়াই, অহুবু অচিন্দদি অম্মুম্না হায়রকই, "ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে ."

অহুবু মতৌ অম্মুম্না থোইদোক্না নোল্লুকপগ' লোয়ননা মশানা য়াজরক্লবদি অমুকস্থু হেন্না শাউনিংবা হেল্লি। শৈলেশনা হায়রকই, "নঙ ভাব ভাবা চুম্বনি। ঐখোয়গী শিক্ষা, সংস্কার, সমাজ পুম্নমক মথক-মখা ওলহন্দুনা ঐখোয়গী য়ুম অসিবু নপাগী য়ুম অহুগুম্বা ওইহনবা পাম্বা থোক্লবদি ঐখোয়গুম্বা মীশকী মকমদদি য়াম্না লুনা থোকনি। সোমেনবু হয়েং মনেগী মনাক্তা থাখিবা য়াই। নঙ কন্নি হায়নিংবগে ?"

উষানা হায়রকই, "মাগী য়াইফনবগীদমক্তা দরকার লৈরবদি থমখিবা তাইদনা।"

মহাক্কী ৱাঙাংদা ফুংনাংবা নত্রগা করেম্বা কন্নিমত্তা ফাবা ঙনগ্রহনা শৈলেশ তৌকম খঙত্রে। কন্নিগীদমক্তা মহাক্কা পুম্নমক অসি তৌরিবনো, মহুগী মরমল্মু থম্মোয়দা অচেৎপা ফিরেপ অমত্মং ময়েক লাবা নত্তে। অহুবু থম্মোয় শোনবা অসিগুম্বা মীশক্কী স্বভাবতি অসিনি মহুদি. মথোয়না কল্পনাগী থম্মোয়-মৈচাক অমত্মং মন্নি লৈনদবা ৱারোবনা লংলা-লংজিন ওইদুনা থাক থাক থুনা য়াংনা কুমথে। মিংকুপমুক্তং তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "হোয়, দরকার লৈ হায়দুনানি ময়াম্না থাজনন্নিবিসি। আচার-ব্যবহার, রীতি-নীতি ঐখোয়না য়াদবশিং অসি ঐখোয় চংপা ঙম্লোই, মহুগীদমক্তা ততনা ইচিল-ইপন্না খংনগদবা, সমাজগী মকমদা মীনোক-মীশা লাংগদবা—মসি ঐ পামদে।"

ঊষানা য়াম্নিংদবা উৎতে, মশাগী মরাল লৈত্তে হায়বা খঙহন্নবা হোংনবস্মু তৌদে, অহুবু মহাক্কী মচিন্দগী খঙহৌদনা নুংশা শোর মপী অমা হোন্দোরক্লে ; চিক্লবা কা অহুদা মহু শৈলেশকী নাকোং য়ৌগ্রে। ঊষা মশানদি খংনদে, মহাক্কী মাইকৈদা লেপত্নুনা বিভাদা হায়খিবা অথিবা ৱা অহুগুম্বা অমত্তা ঊষাগী মচিন্দগী থোরক্লে, মহু অম্মুক্কী মতিক চুমই মহুদি, মহু ইজ্জত তৌবস্মু য়াদে. কাউথোকপস্মু য়াদে। মরম অসিনা ক্ষেত্রমোহনগী তমথীবা শাজংকীদমক মরাল কনাগুম্বা অমত্তগী মথক্তা ননশিন্দে— মসিদা লমন থুম্বগী ৱা লৈত্তে— মসিমক প্রমাণ তৌননবা মহাক্কা অমুক হন্না হায়রকই, "বিলাত্তা চৎতুনা লাইব্রিক তমলুগদৌরিবা, য়াওন্নহুনা লৈরুগদৌরিবা সমাজ অহুগী ঈশিং-নুংশিং অঙাং

ওইরিবৈঙদগী হৈনহন্দুনা মাবু মী ওইনবা শেম্বা দরকাররনি। অঙাং ওইরিবৈঙেহ্ মওং চাদবা মরক্তা মহাকপু লেলহনবদি য়াম্না চুমদবনি অহুগা বিচার লৈতবা ওইগনি।" অসি হায়রগা মহাক্না পাউথুম ঙাইহৃনা ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই, "চৈরম অসিদা নহাক্না করিস্নু ঙাংনিংঙ্গবদি মহু ননংনি ; অহুবু মিং উইশিন্দুনা শুপ্নগী নুংশা মপী হোনবনদি মহুগী পাউথুম ওইবা য়ারোই। সোমেনগী নরমদা ঐনা য়াম্না মুন্না খন্থরবা মতুংদা অস্থুম্না লেপ্লিবনি।"

সোমেন মনাক্তা তুম্লি। য়ুম অসিদা অতোপ্পা কনাগুম্বী নুপী অমত্তা লৈতবনা উবানা হেক লাকপদগী মহাকপু মনাক্তা পুশিন্দুনা তুম্মিনরক্লিবনি। তুম্লিবা মহাক্কী লাইবক্তা মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না ওইগী থুং থরগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু অঙাংগী য়াইফনবগীদমক্তা নহাক্না শিনবিগনি। মসিদগী অতৈ অতোপ্প'মা কনানা কৈদৌঙৈবু থনবা ঙমগদগে? ফরবনি মহুমক শিনবিয়ু।"

ইলেকট্রিক বল্বশিং মথংলগা য়ুমগী কাচিন্দা থাজৈমে অমা মুশি মুশি থাল্লি ; মঙাল খজিক্তং অহুদা শৈলেশনা মশাগী ফমুংদা কোগংতুনা ফম্নগা লাপ্নদনা ফমুংদা হিপ্লিবী যাগী মাইথোং উননবা হোংনরগা হায়রকই, "অহুদা নত্তবা মহাক্না সোমেনগী লাইরিক তম্বদা চংবা খরচ পুম্নমক পুথোকনি হায়। মহুদি য়াম্নোইদবা নত্তে!"

উষাগী খোঞ্জেলদা কিংগংপা করিমজ্ঞা চেন্দে, ইতপ তপ্না বা ঙাংবা মহাক্কী হৈনবীনি। হায়রকই, "য়ামগনি, অহুবু মহুদি

ওইবা য়ারোই। অগাং শেন্নবগী খরচ অদু মহাকপু পুথোকহনবা ঐ য়াজনিংগে।"

শৈলেশনা হায়রকই, "মহুদি শেল য়ান্না চংগনিগে।"

উষানা অহুম্না অহুম খোঙেল তপ্না হায়রকই, "দরকার লৈরবদি পুথোকহনবা ভাই। অদুবু অসুক থেংলবা অহিংসিদা ভুমদনা লৈবিরগনু, ভুম্বিরো।"

মথং সুমিংকী সুংথিল সুমিদাংরাইরমদা শৈলেশ কোলেজ অমস্তুং ক্লবতগী য়ুমদা হল্লকপদা ইঙ্গাংগী মওং অমদা পামজরবা খওলবা মমম তাহুনা ওকচান্ননা অদুগা মপুক্লিং মকা লান্না মহাক্কী লাইব্রেরী কাদা চংলকই। ইকুই কুইদনা চা অমস্তুং চানবা পুরগা চংলক্লুনা মশক উংলম্বিবা নুপা অদু শৈলেশনা মমাই মোনথংতুনা য়েংবদা উরে, মুসলমান্নি।

অহিংদা চাক চাকম কাদা মৈ থাল্লক্লে, অমস্তুং লৈতেংলবা টেবিলগী মশক উরকই, শৈলেশনা য়াদবা ওমদ্রে মতুদি, মসিগীদমক্তা থোইদোক্লা থুপচাননা মপুক্লিং তশেংনমক ওলাং-ওনশাউই অমস্তুং চর্রাংনরিবনি।

ডিনর চাবা হৌগংলকপা মতম অদুদা উযা লাক্লুনা চৌকি অমা চিংশিল্লগা লাপ্লক্লা কয়্রে।

শৈলেশ মপুক্লিং মকা লান্নশী, কাপি ভোগুনা হায়রকই, "কা মস্তুংদা চংলকপদা জাস্ত তারোইস্রা? মনম কংবদা কাওবা তংখায় চাবগা মান্নে হায়না শাস্ত্রদা ইরি।"

উষানা নোকফেংতমক তৌরগা হায়রকই, "মহুম্না ঢায়বা চুমদে। ইশানা থাজদবা মরা লৌদবা শাস্ত্র অদু পন্দুনা হায়বদি নঙোন্দা পকচদে।"

শৈলেশন্সু নোক্লকই। হায়রকই, "করে, লাকে ইশানা য়ারে। অদুবু শাস্ত্রগী বা ঐন্সু পল্লরোই, নহাক্তিন্সু অদুম ওইনমক চেনখিল্লু। অদুদা রাকম অসিদি অচুম্বমি মহুদি, ইরাইনকপু য়ারোইজরম্মী, অদুননি ঙসি অসিগুম্বা পোংশক ইরাইবক্তা তম্লরিবা! চুমজ্রনে উষা? অদুবু খরচ য়াম্না চংলগত্রা?"

উষানা মঙক হায়দুনা হায়রকই, "চংলোই। অরেম্বদা খরচ চংজ্রবদি চানবা করিগুম্বা পোং অমত্তদা থোইনা চংবা নত্তে। লাক্লিবা থা অসিদগী ঐ ইশাম্বক অম্সুম্না খল্লম্বনি। অদুবু অমদি চেকশনবিয়ু, পোং চৈ অরেম্বদা মাংঙনবিরোইদবনি। ঐগী খরচকী থাত্তাদা ইরিবা অদুম্না শিজিন্নবগদবনি। ঙম্লিগনিদনা?"

শৈলেশনা ঙক্কুনা হায়রকই, "করিগী ঙম্লোইদৌরিবনো হায়যু তাগি?"

উষানা খুদক্তা পাউখুম পীবা ঙমদ্রে। ঙাইহাক ভুম্মিন্না লৈদুনা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈক্লরগা খঙহৌদনা নোনখংকুনা মপুরোইবগী মাইথোংদা মীংয়েং লেংদনা থম্লগা হায়রকই, "ঙরাং চুপ্পা খনবমখৈ খল্লগা ঐনা লেপ্লিবা অদু কায়বা য়াবা রা ঐঙোন্দা তাকপিরগদু, মসিনি ঐনা নহাকী মফমদা নিজম্লিবা।"

শৈলেশনা খম্মোয়দা মৈশা লাংনা হায়রকই, "মহুবুদি ঐ কৈদৌঙৈদম্সু হোংনখিদে উষা। ঐ তশেংনা খঙই, নঙনা লৌবা

ফিরেপ্ত্রি নওগী মভিক চাবা ওইগনি হায়বা। মহুবু কোংদোক হোংজিন তৌরুম্নু, তৌবন্নু চুম্লোই। ঐ পাংলবনি, অহুবু নওদি নুংঙুম্না খম্মোয় চেংলি, ফিরেপ হোংগন্দে।"

মপুরোইবগী মাইখোংদগী মিংয়েং লৈখোক্লগা উষানা ওপ্না ওপ্না হায়রকই, "ভশেংনমক করিস্নু খোক্লিংঙাই লৈতে, ঐ মায়া মুম্না খল্লুনা য়েংলবনি।"

শৈলেশনা ভশেংনা খওলে, মসি লোমেনগী মাফম্নি। নোক্লুনা হায়রকই, "মাহৌদোক্তি লৈরে, হৌজিক 'করি ফিরেপ লৌরবগে হায়রোদনা? ঐনা মাশকুনা হায়রিবসিনি মহাকপু কৈদৌঙৈদম্ব ফিরেপ হোংউ হায়ররোই।"

উষা মিনিট অমরোম চুম্মিনা ফমহুনা লৈ। অহুগী তুংদা হায়রকই, "মাদাগী সংসারদা ঐদি অহুম লেজরম্বনি— খোইদোকপা করিগুম্বা অমাবা অমত্তা লৈরমদে। হয়েং ঐ অমুক মাগী মনাক্তা চংলগনি।"

"মখোয়গী মনাক্তা চংকদৌরিবা। কৈদৌঙৈ হল্লকদগে?"

উষানা হায়রকই, "মহাক্না ঐবু ঙাকশিনু, ঐ অমুক হল্লকপা ওম্নরোই। ঐনা কয়া খম্মহুনা য়েংজয়রবনি, মকম অসিদা ঐ লৈবা য়ারোই। মসি ঐগী অরোইবা ফিরেপ্নি।"

মা অসি তাবদা শৈলেশ নুংশী মুত্তিওমম্লে। মহাকী খম্মোয়খুংদা মাখল পুয়মকপু ভত্তনা খেঙ্গুনা য়ৈ য়ৈহুনা হায়রকপ-গুম তৌই মহুদি, য়োংকী পৌরোম খাম্লে, মহ খুপায়বা সংসায় অসিদা কনাগীম্নু মভিক লৈতে।

অমুক্তা মিংকপ থোক্লকপদা শৈলেশ অহানবদা মপুক্লিংদা থল্লকই, অহিং চুপ্পা মহাক অকী-তুজুংলবা মঙ মঙখি। মহাক্না থোঙনাওদগী য়েংথোকখিবদা উয়ে, উষা হুংতিগী ওইবা ইমুংগী থবক তৌখি—সোমেন মাগী মনাক্তা লৈ, মখাদা চয়া বারবা লিংঙাই তৌরিমান্নে—সিঁড়ি কুমথকম মচিন্দা থেংনবদা উষানা মমাই সোনথংজুনা হায়রকই, "চা লোইরে, মাই-মিং তাবদা তপ্পিরক্লবদি লোইনবা ঊংগ্রগনি অহুবু। থরা থুংলৈ থুখিরকঙ।"

শৈলেশনা হায়রকই, "কয়ে, পুহল্লক্রো, ঐ মিনিট অমদগী হেন্না চংলোই।" অসি হায়রগা মহাক চেনবঙুম হাথু হাথু মহাকী বাথরুমদা চংল্রে। মপুক্লিংদা থল্লকই, ঐসে কয়াদা পঙল্লবলো।" মতৈ-মনাও থংমবগী লানবু তাঁম্বগী বাশক্কি লোহনা অহিং চুপ্পা পুক্লিং লৈতাদনা অবাবা বাখল থন্দুনা লেন্নে। অমুক্তা অন্থয়া থল্লক্কুনা তুপ্পগী মহাক নোক্লিংলকপদা নঙ্গে, মশানা মশাবু ঊকাইজবঙুম তৌরকই। য়ুম্বানবদা মত অমত্তং থেম্বা নক্রগা বা অমা অনিদং য়েংনবগী হুপীনা কখিঙুম্বা মপুরোইবগী য়ুম থাদোক্কুনা মপামদা হন্দুনা চংজকম লোনরবদি সংসার অসিদা মহু ওইরবদি মীওইবা হায়বলিদা নত্তনা জীব অমত্তা লৈরম্লোই। সোমেনগী মমা ওইরম্লবদি হুমিং মঙানি-তয়ানি চিংনখিংঙাই ওইরম্বা মাই, অহুবু উষাদি অশেংবা হিন্দুগী আদর্শদা চাউরকপী হুপীনি—ধর্ম্ম অমন্থং মপুরোইবা নত্তনা সংসারদা অতোপ্পা বাখল অমত্তা

লৈজদবী মহাক্না করিগুম্বা শাউনিংবা, বা অমসীদমক মহাক্কী মপুন্সি চুপ্পগী শিক্ষা অমস্তুং সংস্কারবু খাদোকপা তারবদি সংস্কারদা অমুক লেমহৌবা অতৈ করি লৈখিগদগে ? অদুগা মহুসীদমক লাংতক্লবস্থ থোইদোক্না অস্তাওবা তাবা মক্তনা অতৈ করি লৈগনি, মসিমক চিংমবা লৈতনা থাজহুনা মাগী চিংনবা অমস্তুং অবাবা রাখল কোকখিহুনা থম্মোয়দা শাস্তি অমস্তুং অপেনবগী মসনা থনগংলক্লে। অদুগা মশাগী থোইনা অপাম্বা লৈতহুনস্থ মহাক্না উবাগা বিভাগা—মখোয়গী থাক রাংনা লাইব্রিক হৈবা সমাজগী সুপী অমুম-মরিগস্থ মপুক্লিংদা চাংদমহুনা সুংশা মপী হোন্দোক্লগা মতোমদা হায়জরকই 'লৈরসস্থ ইবুংঙো, অমুক থস্নুবগী কামক্রে, ঐ ইশাগী ইচাসুপী পোকপা থোক্লবদি মহাক্কী মতৌগুম ওইজলস্থ। অসিগুম্ব শিক্ষা-দীক্ষা কংজরবদি ঐনা ইশ্বরবু থাগৎচগনি।' অসি হায়রগা মহাক থুনা লোইশিন্নগা মিনিট মঙা-তরুক্কী মসুংদা মহাক লাইব্রেরী কাদা লাক্লে।

নৌনা থম্লিবা মুসলমান খানসামানা চা, ফল, মাখন, কেক অসিনচিংবা থরা লাংহুনা পুশিন্নকপদা মহাক থঙহৌদনা মঙ-কাওনবগুমক্রে। অসিগুম্বা অচাপোৎশিং অসি মহাক মপুন্সিদা হৈনরক্লবনি, মরক অসিদা সুমিং থরনিদং মহুদা অপনবা থোকখিবদনি। মহু টেবিলদা থনম্লগা মীনাই চংস্লবদা অচাপোৎ ময়াম অহু য়েংস্নুবদা ওসি মঙোপ্পা হৈনদবগুম কাওরকই। উবানা কা মসুংদা চংলক্লগা পুম্নমক অসিগী মহুক্তা নিমকি কচৌরি অসিনচিংবা নহাক মশামক্না হৌজবা অচাপোৎ অমুক্কী

চাগা লোয়নবা চাননবা কংলম্মী, মহাক মশামক শংহুনা লৈরে, অদুবু ঙসিদি কদায়দসু মহাকপু উত্রবনা, মহাক চাবদা হৈনিংরা পেংক্রে। তুপ্পগী চা কপ অমত্তং কেটলিদগী মশানা হৈহৌরগা খানসামানাবু কৌহুনা পুন্নমক অদু পুথোকহনজ্রবদা শৈলেশ পর্দা মপালদা থোইদোক্লা মশক খঙলবা থোঙথাং-শউম তানিংবগী আশাদা মনা থাংগৎতুনা লৈরকই, অমস্তুং য়ারোই হায়বা রাকমদু খরা কল্লপ হায়নিংই, মসি খন্দুনা মহাক্লা তপ্পা তপ্পা তন্দে-মান্দে চা কপ অদু থকপা লোইশিল্লকপা মতম অদুদা চাদু থকপা য়াদনা ঈংলক্লে অমসুং মহাও য়াওরক্লে, সুপাহুনা অমুক হল্লক্লগা অহাংবা কপ-প্লেট পুহুনা চৎখ্রে, অদুবু চেৎনা আশা তৌজরিবা থোংথাং-শউম অদুদি অমুক তাবা কংদ্রে, উযা কা অসিদা চংলকখিদ্রে।

অস্থুম অস্থুম মুমিৎ হাইগৎলক্লে, ইকুজহুনা চাব-থকপা লোইরগা কলেজ চৎননবা থোরাং তৌরে। চাক চাবা মতমদা ঙসিসু উবা অতৈ মুমিৎকী মতৌঙুম মনাক্তা চংলকুনা কয়ে ; মহাক্কী মথরায় য়াউবা, যতন তৌবা নত্রগা রাঙ্গং-শাঙাংদা কবিগুম্বা খেন্নবা অমত্তা ইমুংগী মী কনানসু কাবা ঙমদে, কাবা ঙম্লিবদি তুপ্রগী শৈলেশতনরি। অহিং অমথক্তদা মীশক অমা হায়নক্লবা লৈতনা মনা-মনিল নাইদনা মতোমদা কয়া-লাপ্পা হন্দোকচখিবা ঙম্বগে হায়বা অশিবক খল্লুবদা মহাক থাইজশোংনা নুংবংমখ্রে। কলেজদা চৎননবা কিশোল হোংবা কা অসিদা চংলকপদা হৌজিক অহানবমক্তদা টেবিল মথক্তা সংসার-খরচকী খাতা অদু তাহুনা

লৈরম্বা উরুরে। ওরাংদগী অসুম্না অসুম তাহুনা লৈবা ওইরম্বা য়াই, মহাক্না থোইনা থম্মুদবা ওইরম্বা য়াই—অহু মরুপবদি মঙোন্না য়েংহনবগীদমক্তা উবানা হৌজিক্তা থনম্বদি ওইসু ও'থোক্তে, অচুম্বসু ওইরোই। ওসিদি থা লোইবা মুমিং নত্তে—ইথও থওহৌদনা মসি মকমসিদা থম্নরিবনা কনিগীনো? অহুম ওইনমক ওকশমদা টাই পুনবা লোইশিনখিত্রে, মপুক্লিং য়াম্না লাংতক্লনা বাখল অমদা তাউনা লামায় অমমম ওইনা লোইবা ফাওবা কাক্লবদদা চপ লেপ্লি। লামায় খুদিংগী বাকম অমতনি—ও ইস্লাং-নাপী, আলু, পটল, চেং থোড়া, শক্তোমগী মমল, মীনাইগী ভলব—ওরাং কাওবগী খরচ খাইদোকপ্রগা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা শেল ময়েক শেংনা ইরি। মসি ইবা হৌখিবা মুমিং অহু মহাক্না এলাহাবাদদা চংখ্রিৱৈদনি, মতম অহুদসু মহাকী মখুং চংলুদে, অহুগা ওসি মতাং অসিদা মসি লোইশিনখিবা থোক্লবসু মহুদা মহাকী মখুং চংলুবা লৈতে। ফনা কুইনা অহানবা মুমিংকী অহানবা লামায় অহুদা মমিং কুপ্তবমখৈ শৈলেশন। য়েংহনা লৈ। পোং অসি মহাকী সংসারদা মুমিং নিনিদগী থৌদোক্লি। কাম্নসু লৈরমদে, মতুংদা কনিগুম্বা লৈত্রবসু জগৎ অসি চপ লেপতুনা লৈগদবা নত্তে, মুমিং নিনিদংগী মতুংদা মশা মত্তোমদা কাউজখিবা য়াই। অহুম ওইনমকসু ওসি মওল মওল কয়া মপুক্লিংদা থল্লকই। থাতা অহু খুমজিন্নগা অমুক হম্না টাই পুনবদা মশাবু শিজিন্নবদা থওহৌদনা বাকম অসিমক ওসি মহাক্না খ্বাইদগী বাংবা থল্লকই, জগৎ অসিদা কনিগুম্বা

অমত্তগী অরেপ্পা মমল থক লৈবা য়াদে। থাডা অসি, হিসাব ইবা অসিমক নোংমা দরকার ওইবগী মপাল নাইরমদে, অদুগা নোংমদি অমুক পুম্নমক অসি কয়াদা থৌরেম ওইরগদৌরি।

মবৈথংদা কি হোংলগা শৈলেশ মপালদা থোরকপা মতম অদুদা কম্না পামহুনম্বু মহাক্না উষাবু কৌরগা করিগুম্বা রা অমত্তা হংবা হৌমত্রে। থঙহৌমদবা ভুংদা থোক্লগদবগী মরিদা মহাক্না থম্মোয়দা হন্না হন্না নিংবা কায়রক্লে, অদুম ওইনমক অরেপ্পা থঙত্রিবা থুদোংথীবদা মপুক্কিং চংশিন্নবগী য়ুথৌনাম্বু মহাক মশাদা করিগুম্বা মওংদম্বু খিদোকপা হৌমত্রে।

## ভরামাথোই

কলেজগী ছুটি-মতুংদা শৈলেশ চুমত্রিংনা য়ুমদা হন্দনা বিভাগী য়ুমদা লাক্লে। চংলকপগা উরে, মহাকী রাখল থোইনা লানবা নম্তে। মশেনম্নুপা কোর্টতা চৎলমদে, অমম্নুং চৈরক অসিমক্তদা মবানি মওং অমদা রা থম্নবা লোইরম্লে। মদু উবদা মহাক শেনবঙ্গুম ভোই; হায়রকই, "কদায় সোমেন লোইহম্নবা মী থারক্কুবদি কৈদৌরে বিভা?"

বিভানা করিনো অমা হায়গদবগী ভৌরকই, ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "শামু লৈগদবা মীশক অদু লৈত্রে।"

"অদুগী অর্থদি?

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "নহাক য়াম্না তাত্রিব্রা? কনানো মুশাঙশা মুপা অমমা বেশানা তাওহনা কিংথৌগী শামু লৈবা পাম্লম্মী। মখংগী নুমিংতা মহাকপু কাহনা পুখক্লগা য়াঙাও তাংলিবা অহুগী মমল হংবদা মহাক্না মথুং লোয়হুনা হায়জখি, মচাদি শামু মঙোন্দা দরকার অমুক লৈজ্রে, মরমদি শামু লৈপাক্না অপেংবা মীশক অহুদি অমুক লৈজ্রে, চংজ্রে।" অসি হায়রগা মহাক্না মশাগী কাগি অহুদা নোক্লকই, অমসুং নোকপা লোয়রগা হায়রকই, "য়ারী অসি লিহুনা ইচে-বেম্মবু শাঙ্গদনবা থেমজিল্লু শৈলেশ, তশেংনা লৈগদবা মীশক অহু লৈজ্রে—মহাক চংজ্রে। মনেগী মাক্তা লৈবনা করিগুম্বা অঙাং মী ওইরবদি মহুগী মহুংতা পু-খোংতুনা ঐনা শামু অমা লৈরগা বিভাদা পীগনি।" অসি হায়রগা মহাক বিভা উংন্দমা মচিন খুমহুনা অমুক নোক্লকই।

অহুবু নোকপা অহুনা শৈলেশ য়াঙশিন্দে, অমসুং ভুংদা করেম্নরবনি য়ারনা থোক্লনা কিভা শাঙ্গকপা য়াই, অম্বক্না চিংনহুনা মহাক্না মখাবু কমা থোংনহনা কাথকহুনা ভুম্মিমা লৈ।

ক্ষেত্রমোহন্না ঙৈকাইদুনা হায়রকই, "করি তৌরবগে শৈলেশ?"

শৈলেশনা হায়রকই, "বিভাগী য়াক্না ঐ সোমোনগী মহুমদা কনা য়াম্না অমম্না য়াখল কোকচুরবনি; অহুনা মহু য়াত্রবনিনা অতোপ্পা কিভম অমমুক নোক্না শিনবা য়াজ্রে!"

ক্ষেত্রমোহোন্না হায়রকই, "হায়বদি হিংচাবীগী মথুক্তা অমুক শিন্নবা থাজজ্রে—নত্রা?"

শৈলেশনা হায়রকই, "অকনবা রা অসিগী পাউথুম পীগ্রবস্থু অসি হায়রগা চৎনবা য়াই মহুদি, উমা থিন্দনমক চৎগ্রপনি।"

"চৎখিগদৌরব্রা ? কদায়দা ?"

শৈলেশনা হায়রকই, "লাকখিবা মকম অহুদা—মাগী মবুংগী য়ুমদা।"

ক্ষেত্রমোহনগী মাইথোংগী ফিভম থোইদোক্না মকশিল্লক্রে, মহাক্না মাগী মুপীগী মাইথোংদা থারপ্না য়েংলগা হায়রকই, "ঐ অসিগুম্বা মওংদা থরমথৈ চিংনরমহনি শৈলেশ।"

বিভা অম্মক কুইবসি রা অমত্তম্থু ভাংদে, মপুরোইবগী মশক খঙলবা খোজেলগী অর্থ মহাক্না খঙলে, অহুবু মমাই লৈশিল্লগা অচঙ্গা খোঞ্জেলনা হংলকই, "দাদা, ঐনা মরম ওইহুনা মহাক্না অস্থুয়া শিনবিক্করিব্রা ? মহু করিগুম্বা ওইরবদি ঐ থামজরোই, অহুযু নোংমদি নখোয় অনি পী তারকনি হায়জহৌরিবসিনি।"

শৈলেশনা মঙক হাইহুনা নত্তে হায়বা খঙহল্লকই। অহুগী মতুংদা মহাক্না মুসলমান মীনাই অহু থম্বদগী হৌহুনা ভসি অমুক ৭ থাত্তা অহুগী বাকম কাওবা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক তম্লগা হায়রকই, "ঐনা চৎলু হায়দে, অহুবু থিংবস্থু ঐ থিংলোই। মকুপ-মপাংশিংগী মরক্তা থম্ন-নৈনবা অমা থোক্লবা য়াই, অহুগা মহুদা ঐগী মিংচৎ হেনগৎকদবা নত্তে, মহুস্থু শেংনা খঙই; অহুবু শাথীনা শোয়খিবা অমদি চুমথোকপ্রে, মহৃগীদমক্তা ঈশ্বরবু ঐনা থম্মোয়দা চেংনা থাগৎচরি।"

বিজা মখিং উইশিন্দুনা তুম্খিন্না কমতুনা লৈ, ক্ষেত্রমোহনস্তু কনা কুইনা মপুক্কিংগী মাখল অমত্তা কোংদোরক্তে। শৈলেশনা হায়রকই, "নখোয়গী নকমদা পুম্নমক খঙকল্লম্বা চম্মী. অদুনা ঙসি ঐ লাক্লিবনি। মরু ওইনা নখোয়নদি ঐবু লাম্না লৌখিদমবনি।"

ক্ষেত্রমোহননা মঙক কম্না হাইদুনা হায়রকই, "নস্তে, নস্তে, মদুগী ইতিক লৈতে। হোয়নহে শৈলেশ, ভাবার্থীপুরদা লাকম অমা চংথনখিবদু চৈরক অসিদা কনাগুম্বনা মদুগী পাউ-মুং লৌরু-লাকলুব্রা ?"

শৈলেশনা তাঙবদদুনা হায়রকই, "নহাকী ঔজিত অদু অদুকী মতিক লৈবাকমচা তাদবা অদুগা কনূবগী লাকম্নি মদুদি, মদু ঐ ঙাকপা ওয়োই। কদায়দা চৈনাখোল ফাওকনবগে হায়বা নহাক খঙদে, অদুনা মসিগীদমক্তা নহাকপু ঙাকপিরিবনি।" অসি হায়রগা মহাক থম্মোয়মুংগী মৈচাক্তা অমুক্তং মশা হাই-হুম্লগা অমুক নিংখিবা কমপ্রে।

ক্ষেত্রমোহননা মহাকী মাইথোংদা য়েংলদুনা খোজেল নিরুনা অমম্মং খোইদোক্লা অচম্বা খোজেলনা য়াজরদুনা হায়রকই, "মদু অচুম্বনি। নঙোন্দা কদায়দা পানবগে ঐ অরেপ্পা খঙদে।"

শৈলেশনা খোইদোক হেন্দোক্লা থম্মোয়দা পান্দুনা হায়রকই, "নশাগী মুপীদা মুমিংতুদা মহাক্তা চংখিবা শাজং অদুদগী হেন্দোকপদি ঐনা নঙোন্দগী কন্নি অমুক আশা তৌরুখিগনি! মহাকী নাপল অদুদা চৈথেং কংবা য়াই থন্দুনা কন্নিম্মু হায়খিদবনি, অদুবু মদুদি য়াম্না শাংজোলনা হায়রম্বনা হেন্না চুম্নমগদ্রা নিংই।"

ক্ষেত্রমোহন্না হাইকেং মোমোম তৌনা হায়রকই, "মহুনিনহৈ শৈলেশ, it reminds : হুপীদা চংশা শাজং। মহু ঙসি ফাওবদু হৈজবা ঙমদ্রি— হৈবা য়াবা চহী মজাংন্দু হেন্দোকখ্রে— অহুবু নহাক্কী কহিঙুম্বা হীরম অসিদা লাইব্রিক অমা ইবিবা ঙম্মবদিনে ভাই— করে. মখোয় নচিল-নৌপরা তুম্মিন্না ম্বা তাম্নরমখো— ঐ অমুক লাক্কে।" অসি হায়রম্লগা মহাক খঙহৌদনা ফুক হৌগংলগা থুনা য়াংনা মপালদা থোকখ্রে।

শৈলেশনা লাউহুনা হায়রকই, "লাইব্রিক ওইনা ইবা তাব্রবদি থিন্থমনখিবন্দু য়াই, অহুবু মসি ফাওবদি তাখো, নহাক্কী করেম্নহুনা ভাবানীপুরগী য়াকম অহু পনখিবদায়, মখোয় কনানা ঐগী পাউ লৌগে লৌজসনু লৌয়োই তোকসনু, ঐদি মহু হোংনবা ভাবনি।"

ক্ষেত্রমোহন্না থোঙজিল য়াংমদগী অন্দুম্না পাউখুম পীরকই, "শোয়দনা হোংনগদবনি। অন্দুম অরেম্বদা থিন্থহমবনি!"

মথংগী অয়ুকমক্তদা লাক্কুনা ক্ষেত্রমোহন পটলডাঙ্গাগী য়ুমদা শক উংলরে। শৈলেশ ঈকজগদবগী থৌরাং তৌরম্লি, ইখঙ খঙহৌদনা মতম চাদনা মশেন-হুপাবু ঊনদা থোইদোক্লা ঙকই। ঙম্মাংগী থোইদোক্লা করদবা য়াখোক অহুগী মতুংদা ঈথা থাজদনা অন্দুক থুনা মহাক লাকনি হায়বা আশা তৌরমদে। মপুক্লিংদা থরমথৈ ঈকাইনা হায়রকই, "ঙসিবু হায়কোর্টিক। ছুটি ওইত্রা?"

ক্ষেত্রমোহন্না নোক্কুনা হায়রকই, "হংহুনা কামদে।"

শৈলেশনা হায়রকই,"অদু ওইরবদি প্র্যাকটিস থাদোক্লবরা ?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "মতুনা হেন্না হংতুনা কান্নদে।"

শৈলেশনা হায়রকই, ঐস্তু "কান্নদবা যাই ! ঐ ঈকুম্বা মতম ওইরে, মতুদা নহাক্কী য়ানিংদবা লৈরিরোইনে?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "লৈতে। নহাক চংগ্রো।"

"ইচে-বেম্মা, চংজরকপা য়াগত্রা ?"

পুজাগী তোঙানবা কা য়ুম অসিদা লৈক্তে। তুম্ফম কাগী মচি অমদা আসন থাদুনা উষা আহ্নিক পূজা তৌগদবগী .থৌরাংলম্মি : পোঙ্গেল খঙলহুনা অচোংপা কোক্তা ফিজি চিংখংতুনা থুম্নগা কৌশিন্নকই, "লেংশিনখিরকউ।"

ক্ষেত্রমোহন কা মন্থংদা চংবমক্তদা ঈকাইরক্লে, হায়রকই, "মতম চাদনা লাক্তুনা ওংলরে। থঙহৌদনা ইপামদা হনবিগে থমবিরিষরা ? পাবুং মারিবরা ?"

উষানা হায়রকই, "পাবুং লৈখিদ্রে।"

"ও :— অদু ওইরবদি ইমা হকচাং ওমদবরা ?"

উষানা হায়রকই, "মহাক্কি পাবুংগী মমাং থাখি।"

ক্ষেত্রমোহন্না শাথীনা ওকপা কোংদোক্তুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি কদায়দা চংশিগদৌরিবনো ? কনা লৈরিবগে ? অদুগুম্না অকমদদি কৱিগুম্না মওংদম্তু চংকম খোক্তে। শৈলেশকী রা হিখে;! ঐ শাওবন্তু য়াজনিংদে।"

উষানা মাইথোং লুক্না নোককেং তৌনা হায়রকই, "য়ানিংদবরা ?"

"লক্তে, শুপয়া য়াজনিংদে।"

"অহুবু মতম অহুক শাংবদি ঐ দাদাগী য়ুম অহুমক্তদা লৈরক্লবনি, ক্ষেত্রবাবু—অপনবা করিস্নু লৈরক্তে।"

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "চৎপিদবা ইয়ামক য়াত্রবদি হল্লকপা থুমিং কয়ানি চংশদগে হায়বা ভাকপিরম্মু। অহু নত্রবদি চৎপা শুপয়া য়াব্রোই।"

উষা তুম্মিন্না লৈ।

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "অহুবু সোমেনদি ?"

উষানা হায়রকই, "মাগী মনে লৈরি।"

ক্ষেত্রমোহননা খওহৌদনা মখুং লোয়হনা হায়রকই, "মহাক ঐগী থুপীনি। ঐনা মাগী ওইনা ভাকপিনবা ভিক্ষা নিজরি।"

উষা য়া তাংদে।

"ওস্নিরোইদ্রা ভাকপিবা ?"

উষা অহুম্না অহুম তুম্মিন্না মাইথোং লুকচান্না কমহনা লৈ। ফমা কুইনা পাউখুমগীদমক ভাইহনা লৈরগা ক্ষেত্রমোহননা মুংশা মপী হোল্লগা তপ্না ৩প্না হায়রকই,"তাইবংপান অসিদা লংজক্লবদি মতম অহুদা মহুগী অৱাবস্নু নংবা তাবনি অহুগা নংকমস্নু থোকপনি। অহুবু মসিগী বিচার লৈত্রিবা করিগীনো হায়বা ওস্নিগদ্রা ?"

ঊষানা হায়রকই, "হায়বদি মী অমগী মরালগী দগি অতোপ্পা মী অমমা কঙদৌরিবা করিগীনো? কঙনি হায়বা হৌজিক্তা খঙজরি, অহুবু করিগীনো, মহু ঐ খঙজদে ক্ষেত্রমোহনবাবু।"

"কৈদৌঙৈ চংশিগদৌরিবনো?"

"দাদানা লৌরবগা। হয়েংমকপু লাকগা য়াই।"

ক্ষেত্রমোহনবাবুনা ঙাইহাক তুম্মিনা লৈরগা হায়রকই, "বাকম অমা ইচে-বেম্মদা কৈদৌঙৈদসু খঙহল্লোই হায়না খল্লম্মী, অবুহ ঙসিদি মহু লোৎতুনা থম্বদি ইরাল লংশিনবা ওইগনি হায়না খল্লক্লে। ইচে-বেম্মনা লাক্রিঙৈগী মমাংদা য়ুম অসিদা অতোপ্পা মীশক অমা লাকপা য়াবগী চিংনিংঙাই লৈবম্মী। লৌতুনবা অহু মরি পূমতং ভংনখিত্রি হায়না খল্লি।"

ঊষানা হায়রকই, "ঐ খঙই।"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি শাউহনা লৌতুনবা অহুমক্না মমৈথংদা য়াই পাকহনবিগদৌরিবনা? মসিমক্তনা করি—"

রা লোইশিনবা ফংদ্রে। ঊষানা তপ্না লুম্লবা খোজেলনা হায়রকই, "য়াই পাকচসনু, মাইথীজসনু, ক্ষেত্রমোহনবাবু, ঐবু ঙাকপিয়ু—" অসি হায়রগা ঊষানা মথুং অনি লোয়নহনা অসুক কুইবগী তুংদা ক্ষেত্রমোহনগী মাইথোংদা মমাই নোনখৎতুনা য়েংলকই।

মিংয়েং অহুগী মমাংদা ক্ষেত্রমোহন চঙক্লনা লৈদ্রে।

## তরামিথোই

মাগী মুপীগা শৈলেশনা রা-লাং তাংজখিল্লে, অদুবু উষামদি তাংদবা তৌদে। মহাক্কী শাজংতা অহোংবা করিমত্তা লৈত্তে— ইমুংগী লৈরিবা থবক পুম্নমক মহাক্না অদুম তৌরি। মচিন কাংদুনা শৈলেশনা করিমত্তা হংজুবা তৌদে, অদুম ওইনমক মহাক্না থাইদগী হেন্না তক্লিবদি অসি থন্দুনদি মহুদি, যুম অসি থাদোক্লুনা চংশ্রুগদবা মীশক অদুনা। যুম অসিবু অম্মুক হাক্না লুংশিন্নিবসি কয়দৌননো? তসি অয়ুকয়ক্তদা রালদা মখুং তৈথোকলুবগী ময়ালগীদমক নৌনা থম্বা মীনাই অদুবু চৈ-থাংবা মহাক্কী মনাকোং য়োগ্রবনি। হৈনরকপগী মতুং ইন্না থবক্তা করিগুম্বা অশোয়-অতাম থোক্লবদি নত্তে, অদুবু হ'ঝম পুন্নমক্তা মহাক্কী অকুপ্পা মিংয়েং চংবদা খজিক্তা থৌশাদবা শৈলেশনা উবা ফংদে। উষাবু নিংথিনা থত্তনবা মতম ফংদ্রি, মাবু মহাক্না থত্তলিবা অসি থরমথৈদনি, অদুবু থত্তলিবা থবা অদুদগী অসিমথৈ মহাক্না থত্তলে মহুদি, চংকনি হায়না লেপগ্রবদা মহাকপু অমুক খামল্লুবা য়াররোই। অদুম ওইনমক সাধারণ মীগী লমচং চহি মতাং অসি কাওবদা মহাক্না থত্তলক-উরক্লিবা অদুগা মহাক চায়দবা অদুদা মিং অমদা শোক্লগা অত্তোপ্পা মিংতা পীরাং শিন্দুজবগুম মহাক্কী থম্মোয়দা লেপ্পা লৈতনা উক্ল-ক্ল লৈরক্লি।

ক্ষেত্রমোহন লাক্লগা চুমত্রিংনা চাক-শত্তদা চংশিল্লক্লুনা শক উংলরে, হায়রকই, "প্রসাদ ফংজগদবা কয়া য়ায়া অমুক বাংলিবগে ইচে বেম্মা?"

উষানা মকোক্তা মকিতু খরগা চিংখংলগা মোমোন তৌনা হায়রকই, "রাকম অতু ইবুংঙোগী ইবাই-ইবুংঙোদা হংবিরু, অতু নত্রবদি ঐগীদি লোইনবা লোইরে।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "লাকচবা য়াবা মীশক নত্তে ইচে-বেম্মদি, অহবু ঐদি ইশানা থাকচবা লাংদা থুরে। থোং-থাক্লিবা মরমতু উবদা ফনা পুক খন্দুনম্মু মীহৌই ইচে-বেম্মা, অতুবু নংগদা চিংনৈ। অহুম ওইনমক তাকপিরিবতু লেম্ন খক মাখবা য়ারোই, নোংমা অমুক লাক্লগা চাজরগনি।"

উষা তুম্মিন্না লৈ।

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "ইচে-বেম্মগী নচানুপাদি কদায়?"

উষানা হায়রকই, "ওসি মহাক স্কুল চংলু হায়বা শুপয়া য়াদে। করিগুম্বা মওংদা চরা থরা য়ালংল্লগা থেমতুনা হৌজিক চংহনখ্রে।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "ইচে-বেম্মবু মহাক্না সুংশিংজ" নোককেং তৌনা হায়রকই, "সুংঙাইবা য়ানি, ইচে-বেম্মা ইপামদা চংপগী য়াকমতু কমদৌরিবগে? তশেংবনি ইচে-বেম্মা, শাউতুনা ওইথোক্তখা রা অমা শং হায়দোবত্রে হায়তুনা মতু পাংথোক্তবা য়াদে হায়বা তাববদি সংসারদা থাজনিংঙাই অমমুক লৈতে।"

উষানা য়াকংসিগী শাউখুম পীদে, মরু লুক্না তুম্মিন্না লৈ।

মফম অতুদগী খোয়রক্লগা ক্ষেত্রমোহন শৈলেশকী লাইব্রেরী কাদা চংলক্লে। শৈলেশ ঈরুজতুনা সুংশেল য়েংতুনা মশম হাংলম্মী, মমাই লৈথোক্তুনা য়েংলকই।

ক্ষেত্রমে হন্না হংলকই, "কোলেজ ঙসি ছুট ওইত্রনে ?"

"ওইদে। অদুদা অহান।। পেন্রিয়ট অনিদি ক্লাস লৈত্তে।"

ক্ষেত্রমোহনা নুংশা মপী খোংন্দাক্লগা হায়রকই, "নুংঙাইনা পানবিরি। অদুবু ইচে-বেম্মাগী মপামদা চৎপগীদি করম করম শিনবিরবগে ?"

শৈলেসনা হায়রকই, "শিনবা খাৎপা মহাক চৎপ্রবা মতুংদা তৌগনি। হয়েং মাগী মবু লাক্কনি হায়না তাই।"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "নহাক ডিয়ট অমনি, নুপী অসিগা নহাক কেমিত্রবা হৈনরোই, মদুগী শরুকপুদি ওন্থোক-ওনশিন তৌগনা নহ কম্ব নুংঙাইনা পাম্মু, ঐম্মু নুংঙাইনা পানগে।"

শৈলেশনা থোইদোক্না শাঙ্গিরক্লুনা হায়রকই, "চহি থোইনা মামাবা এত্রান ক্ষেত্র হৌজিক কাওবা লৈবাকমচা তাদবা কাগি-শরাংশিংহ থাদোক্লরোইদ্রা ?"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "থাদোকপ ইশানা পামদত্না নত্তে অাই, নখোয়গী বা বক রন ঙমখবনি মহাক্লা থোইদোক্লা থদোয় পুঙমদনা মপামদা চৎলগনি হায়খি, মদুদা নহাক্লা অদুম হেওা খুমখি, চৎমিংলবদি চৎলু—ঐগী ভবানীপুরগী বাকম ইখুঙগী না ক্লান্তি মসি পুম্নমক অসিনু করি শাজৎনো ? নচিল-নৌপরা ছাঁচা অমত্তদা হৈদুনা শাবনি। মরে,ঐনা পুম্নমক তাউথোকহল্লরবনি মহাক চৎপা ম্নারোই। অদুবু নহাক্লা অশোকপা মমদা থুম হাপ্লুগন্নু।" খঙহৌদনা ঘড়িদা য়েংলুরগা হায়রকই, "উঃ— মতম মাম্না থেংত্রে, হৌজিক্তি চৎলে, হয়েং নোংঙানবগা লাকনি।"

হনগদবগী তৌকররগা খঙকৌদনা খৌদেম্লগা হায়রকই, "ঙমিং খরনিদংদি খন্না হৈমা চংলুদনা শৈলেশ। ওঝা ওইবা ইমুংগী নিঙোলনি, অনাচার থংজমজদে, চিঙ্গাক-নুংঙাক্তু ঙমিং নিনিদংদি চাক্লখিগনু। অহুদা মতুঙ্গা পুম্নমক অসি অথবস্থু নত্তে—খরচকৌ মাইকৈদা হন্না অমুক্তা য়েংদবরা? কয়ে, চৎলে ভাই।" অসি হায়রগা পাউথুম ঙাইরমদনা থুনা য়াংনা মপান্দা থোকখ্রে।

শৈলেশ কনা কুইনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ। ক্ষেত্রমোহন করম্বা কান্দা লাকপগে, করি হায়হুনা করি তৌহুনা খঙকৌদনা পুম্নমক মথক-মখা ওনহল্লম্লিবনো মহাক্না থনবদা থোক্লে।

মীনাই অমনা লাক্নুনা চাক শেমহুনা লৈরে হায়বা পাও পীরে। অরাংদা খন্থবা মাঙ্গোলদা নিয়ম চুম্না আসন থাহুনা চাক শিল্লম্মী। মহৌশাগুম মখল-মখা কয়াগী ইঙ্গা' মথেলশিংনা কোইশিন্দুনা থম্লগা লাপ্তুক্লা উষা ফমহুনা লৈরম্মী; শৈলেশ মক্ক লুকথনা চাগদবগী ফম্লরে। মহাক্না কয়ারক হন্না ক্ষেত্রমোহন্না হায়রম্লিবা রাকম অহু চুম্বরা হায়বা হকথেংননা হংনি'লকই, মতাং চানা মুংশিবা রাহৈ অনিদং হায়মিংই, অহুবু করিগুম্বা মওংদম্ম মচিন কাংবা ঙমদ্রে, করিগুম্বা মওংদম্ম রাকম অসি হংলুবা ঙমদ্রে। অহুদা নত্তে, ক্ষেত্রমোহন হৌহুনা চেনখিবহুনা রাহৌদোক ওইহুনা রা হৌদোকপম্ম ঙমদ্রে। মমৈথংদা চাবা লোইরগা ভুম্মিম্না হৌগৎহুনা চৎখ্রে।

# তরাহুমদোই

থংমবা মুমিংকী অমুক্তা অবিনাশ লাক্নুনা থুংলরে। শৈলেশ মমাই-মমিং তাবগা চা থকপা চংলি, মুমদা মশক খঙদবা মীনৌ অমা হেক উবদা মাগী মবুক প্রোক প্রোক চাক্লক্লে। হংলকই, "কনা ওইরবগো ?"

লাক্লিবা মীশক অদু উষাগী মৌপরানি। মহাক্না মশাগী পরিচয় পীরগা হায়রকই, "দাদা মশামক্তি লাকপা ঙমদ্রে, ইচেবু লৌক্লমবগীদমক ঐবু থারক্লিবনি।"

"করেনে, বিদ্রো।" অসি হায়রগা শৈলেশ মাগী কাদা চংলক্লে। মকম অদুদা অদুক্কী চান-থক্নবা পুম্নমক টেবিলদা শেমদুনা থনম্লি, অদুবু ওগ্লগী চা কপ অমত্তং লৌরগা মহাক অরাম-চেয়ারদা ফম্লরে, অতৈ অচাপোৎ ময়াম অদু তাহুনা অদুম নৈ— শোকলুবা কাওবা মহাক হৈনিংবা পোক্লে। উষাগী মপামদগী কনানো অমা লাক্লুনা উষাবু লৌরনবগী রাকম নৈ। মতুগী মাইকৈদগী অবিনাশবু উবদা মহাক্না ঙক্লিংঙাই করিগুম্ নৈতে— মমৈথংদা চংলদবগুম্ মারি; অদুবু অরেপ্পা করিনো অমা নীরম অসিদা তাংদাংবা খঙক্রিবমখৈ মহাকী থম্মোয়-হকচাংদা করিনো মওং অমা তৌরক্লিবন্থ শেংনা হায়বা লুনা থোকই। ঙসি অয়ুক নোংঙানবগা ক্ষেত্রমোহন লাকনি হায়রম্বনি, অদুবু মহাক কাউথোকপ্রমাক্লে,—করিনো থবক অমদা পুন্দুনা নৈরম্লগনি, খঙহৌদনা অস্ময়া চিংনরকপনা মহাক্কী নিংজিং-মাংজিংনববু

লাম্থোক্তুনা চংলকই। মহাক য়ৌরক্লাদি অমমু ওইরবস্থু অমমু ওইরবস্থু অত'বী অমদি খঙলগদবনি, মসিমক মঙোন্দা থোই.দ'ক্লা দরকার ওই। খাংঙমদবা মৈচাক্লা কাহংতুনা মহাক্লা অস্তুম্লা চিংনরকই মহুদি, ছুংদা মশাবু কাথকবা অমুক ঙম্রক্কবা য়াই, ছুংদা মশামক্লা চেন্দুনা উযাদ অস্তুম্লা হংলুবা য়াই, ঙরাং ক্ষেত্রমোহনগ মহাক্কা করি বা ঙা'নখিবগে? মতৌ অস্তুম্লা য় ত্তদা তোইনা য়েং'ল-য়েংলহুনা মতম অমুক লেমবা ঙম্রক্লে, অসিগুম্বা মতম অসিদা পর্দা হাইদোক্লুনা খঙহোদনা চ'লক্লিবা মুপা অদু মহাক্লা থোইদোক্লা খৌরাংনা ঙাইরিবা ক্ষেত্রমোহন নত্তে—অবিনাশনি। শৈলেশনা মমাই নোনথংতুনা' য়েংল্লুরগা লাইরিক অমা লৌথরে। মহাক্কী মশা পুম্নমক মৈ-কৌনা চাক্লকপঙমগ্রে।

অবিনাশনা কমথগদবগী তৌরকই, অদুবু অচাপোং ময়াম অদু উবদা মচি অমদা চেয়ার অমা খরা লাপ্না চিংথোক্লগা ফম্লরে। য়ুধুরেম্না তরাম তরাম তৌরক্কনি কায়না মহাক্লা আশা তৌরমদবা য়াই, অদুবু কাহ্দা চংলকপগী মংম অমত্তা কাওবা হংলক্লুবা অদুদা অবিনাশ মশামক্লা বা হৌদোরকই। হায়রকই, "পুং অনি-মথায়গী গাড়ীদা ইচেনা চংপা পাম্লি।"

শৈলেশনা মমাই নোনথংলগা হায়রকই, "পা।-বা করিগীনো, ঐগী মাইকৈদগী মহ'ক অথিংবা লাক্কনি চিংনরিত্রা?"

অবিনাশ অঙাংনি, মহাক্লা পাক হেক করি হায়না পাউখুম পীগদগে খনবদা থোক্লুহনা শুপ্নগী অস্তুম্নদা হায়রকই, "চিংনদে আজ্ঞা।"

খোঙজিন মরাদা খুজি মখোল তাবদা শৈলেশ অমুক হেন্না মখোইদো শাউগংলক্রে। হায়রকই, "নত্তে. ঐগী মাইকৈদগী মবাক চংশদা করিগুম্বা অথিংবা অমত্তা লৈত্তে।"

অবিনাশ ভুপ্পিরা লৈ।

শৈলেশনা হংলকই, "নখোয়গী নংদা লাকনি হায়না তাবগী, মবাক লাক্লিংদি করিগীনো ?"

অবিনাশনা থঙাসনা ভপ্পা ভপ্পা হায়রকই, "ঐবু থাবকপন্থু খোইনা শাল্লমদবনি।"

"করিগীনো ?"

অবিনাশ ভুপ্পিরা লৈ।

শৈলেশনা হায়রকই, "নঙদি অঙাংনি, নঙোন্দা রা পূরমক কাইরকখুমদ্রু কাননে. কায়রকপগী কানবশু লৈত্তে। অদুমদি হায়রু, খোদোক অসিদা উবাগী দোষ লৈত্তে, দোষ নক্রগা মবাল করিগুম্বা কনাগুম্বগী লৈবা তাবরদি মদু ঐগীনি। মাদু লৌহন্নবা অদুমক ঐগী অর মবনি।"

তাইহংক লেপ্লগা অমুক হায়রকই, "পুক্লিংদা খল্লম্মী ইবুংঙো, লামন্ত্রে হায়না। মতম কুইরবগী তুংদা ফিজয়া য়াংরক্লবা মতমদুদা হন্দক্লি মদুগী প্রতিকার তৌবগে খল্লম্মী। নখোয়গী মচে লাকইদি হায়বা য়াই, অদুবু দোষ অমনা দোষ চাম্মা উংলরে।"

মসিগী পাউখুম করি ওইগনি ! অবিনাশ চপ মুংনা লৈ, অমম্বং অসিগুম্বা মতম অসিদা অঙোম্বা মাইকৈদগী খোঙ হাংদুনা ক্ষেত্রমোহন কা মমুংদা চংলকই, শৈলেশনা লৈদুনা য়েংলকই,

অদুবু ঙাংবা লেপ্লদি ঙমদ্রে। অকনবা মাগী স্বভাবতি মচিনি মচুদি, মশানা অদুম হেন্না হেন্না কনশিল্লরকই। ঊষা মরুমদা লেপ্লি ; মহাক্কী থম্মোয়দা শাথীনা য়ুনবা তমথীবা ঈহৌনা জ্ঞান মাংহুনা শৈলেশনা হ য়থরকই, "নহাক্কী মচে নোংমা লুহোংখি অচুম্বনি, অদুবু মাবু সহধর্মিনীনি হায়বদি কৈদৌঙৈদম্মু হায়বা য়াদে। ঐখোয়গী শিক্ষা-দিক্ষা সমাজ ধর্ম্মগা করিমত্তা চানদে— নমহুনা মাবু য়ুমদা থমলুহুনা ইশাগী ইয়ুম্বু স্মৃতিশাস্ত্রগী টোল ওইহনগে ওইহনজসন্নু, অদুবু ঐগী অমত্তা ঙাইজরবী ইচলবু মথরায় মুংঙাইহন্দ্রে মপুক্লিং মুংশিহল্লে, অমত্তা ঙইজরবা ইচানুপাবু ফত্তবা শিক্ষা ফত্তবা লোনচং-শাজং কৈমহল্লে, মসিনি করিগুম্বা মওংদবু ওইরমম্মু ঐ ওইহনবা ঙম্লোই। অদুদি ওইরগা মঙোন্দা চিন অসিনা ঐনা পাক হেক হায়দোকপা লু। থোক্লম্বা ঐগী শাথীবা থৌদাং অদুমক মহাক মশানা পাংথোক্লে।"

ক্ষেত্রমোহন ঙকপনা বা ঙাংফম থঙজদহুনা ঙঙক ঙঙক য়েংহুনা লৈ। শৈলেশ ঈকাই-খিগনবা অমম্তুং থম্মোয় শোনবা স্বভাবকী মীওইনি, অকনবা বা ঙাংবা মাগী স্বভাবকী মাংমদনি। অদুবু অঙাওবগী মতৌগুম মহাক্না করিনো তৌরিবসি! ঊষাগী মৌপমানা লৌবা লাক্লি হায়বা পাউ অসি মহাক্না মসিগী মমাংদা ফংলে, মরম অদুনা মশক থঙদবা মুপামচা অসি মহাক অদুমক্লি হায়বদা মঙোন্দা চিংনবা লৈত্রে,— মহাকমক্কী মমাংদা করিনো তৌরিবসি! ক্ষেত্রমোহনা লাংতক্লুনা মথুং লোয়হুনা হায়জরকই, "অদোমগী ইচেদা মসি পুন্নমকসি মরিক অমত্তম্মু তম্বিরুম্মু।"

শকথঙদবা নুপামচাহুনা খোঙলোমদা মখুৎ থিন্দুনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, "ঐনা করিমত্তা থঙল্লুনিংঙাই লৈতে, মপান্দা লেপতুনা ইচেনা মনাকোংমক্তা পুম্নমক তারি।"

"মপান্দা লেপতুনা ? অসিদা ?"

মসিগী পাউখুম নুপামচাহুনা পীরক্লিকৈঙগী মমাংদা শৈলেশনা ময়েক শেংনা হায়রকই, "হোয়, ঐ থঙই ক্ষেত্র, মহাক অসিদা লেপ্লি।"

পাউখুম তাবদা ক্ষেত্রমোহন চপ য়ুংনা মাইথোং মকশিন্না ফমহুনা লৈত্রে।

নুমিৎ অহুদা পুং অনি-অহুমগী মতুংদা মচে পুহুনা অবিনাশনা ষ্টেশনগী মাইকৈদা খোঙশানখিবা মতম অহুদা সোমেন মাগী মমেগী য়ুমদা লৈখি, মাগী মপাবুংনা কোলেজদা অমম্ভুং ক্ষেত্রমোহন্না হায়কোর্টকী বার-লাইব্রেরীদা ফম্লি।

থংনবা নুমিৎকী অয়ুক্তা চা থকপা ফম্মিনবদা বিভানা মপুন্নোইবদা য়ুম্না য়েংলহনা হংলকই, "দাদা করি তৌরম্বগে উবিরকপরা ?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "মখুৎতা লাইরিক অমা পায়হুনা লৈরম্মা, অহুবু, অশেংবদি করি তৌই থঙবরা, অনুতাপ তৌরম্বা য়াই।"

"থবক অহু কৈদোঙৈ তৌবিগদৌরিবনো ?"

"করম্বনো ? লাইরিক্তা নত্রগা অনুতাপ্লা ?"

বিভানা হায়রকই, "লাইব্রিক নহাকী নখুৎতদি পকচরোই, ঐনা হায়রিবদি অকোনবগী য়াদ্রুনি।"

ক্ষেত্রমোহনগ্না কোচি থাংনা হায়রকই, "নবুং কৌরগা মপামদা হমগ্রবদি মচু ওম্রবা য়াই।"

বিভাগী মপুক্কিং ওসি হরাওই ; মথাক শাউদে, হায়রকই, "মচু ঐ ওমদবা য়াই। মরমদি হিন্দুগী জপ-তপ অচুগা শেংকুবা য়াব-য়াদবা বিচার তৌবা বিদ্যাস্থ অচাং ওইরিব্রেদগী হৈংনবা খুদোংচাবা ফংলক্তে।"

মাগী মুপীগী য়াদা ক্ষেত্রমোহন হন্দক-মরক অসি থোইদোক্না পেন্দে, অদুবু শাউনিংবা কাথরুনা অচম্বা খোল্লেলগা হায়রকই, "নহাকী য়াম্না শাথীনা নরাইবকথিবনি খুদোংচাবদু নহাক্না ফংলক্তবা অসি। মচু ফংলম্রবদি ওসি নখোয়গী তামোনা ফংলিবা অশুক কল্লবা মৈচাক অসি মরাইবক্তা ওম্রমদবা য়াই।" অসি হায়রম্লগা মহাক কা অদুদগী মপান্দা থোকখ্রে।

## তরামারি

ভবানীপুরগী লাইব্রিক হৈরবী লৈশাবী অদু মুকোংনবা অমুক হন্না হোংনরি, বিভা হন্নক্তি মপুরোইবনা মপুক্কিংদা য়ারৌখিগঙ্গা কীবনা মচুদা কোংনা য়াউকবা ওমত্রে, অদুবু লোমা হরাওবা মথল কয়াগী ফোংদোকপদদি হনবা লৈতে। কন্যাগী মাইকৈদগী চায়জরকপদগী ক্ষেত্রমোন্না লোংনা হকথেংনদা হংলুবদা শৈলেশনা য়াম্নিংদদুনা ইচম চম্বা মওংদা হায়রকই, "পুন্সিগী

অম্বাবা শরুক্তি হোৎশ্রে কেরব, লেমহৌবিবা চুথিং খরনিসিংগীদমক্তা লৌনা অমুক কোক্তা পোংলুম পুবা চমগনি থাজজে! লোমেম লৈবি, থোইদোক্কহন মহাক পুন্সি-চুংশাংনবা নথোবনা আশীর্বাদ পীরিবু, পুম্বমক অহ ঐঙোন্দা অমুক কামজে।"

মীওইবগী লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা বাদি হেক্তা খঙবা ঙম্মী, ক্ষেত্রমোহন মপুক্কিংদা ঙসি মৈচাক কাওরকপঙুম তৌই। মসিগী মতুংদগীদি মহাক কোটতগী হন্নকপা অম্বাম্বদা চংলকই। থমদা মৃত্যুরেখা লৈক্তে, মচা লৈক্তে, মীনাই অহৌবখক্তংগা লোয়নবা মুম পাম্নি— উনা উনা মৃণাল অহ অমুকী ম ক্ষক মওং চাদবা মথবাম পাম্নবা মূর্তি ওইরক্লে মহুদি, মাংতাইতবা পেম্রেম্বা ঙমজে। চাউবাক্লা খা অমরোমগী মতুংদা মহাক্লা বাকম অকুরক অমুক হম্না পন্দুবা হায়রকই, "মহাক্তি ঐগী পুক্কিংগী ভাব খঙলিবা অক্লনি শৈলেশ, অহৌ কনাবো অমা থুমলিদা লৈব্রবদি হিংবা নুই। মরু ওইনা অহল ওইরক্রবা মতমদা—।"

ঙসিদি উম্বাম্ন লৈ, মহাক্লা হায়রকই, "অহল ওইগদবা লৌ তক য়াম্না বাংলি. অহুগা মহু ওইরকদবা যাম্না বাংলিক্তেদা ইচে-বেম্বা কম্নকনি। শাউহন দুশীনবু কয়া কুইনা মপাম্নদা লৈক্লগদগে?" অসি হায়রগা মহাক্লা মথুংগী মাইথোংদা অমুক অমুগা শৈলেশকী মাইথোংদা অমুক য়েংলকই, অহৌ মথোম কনামন্নু শাউথুম পীদে। থোইদোক্কহম শৈলেশকী মাইথোংদা খঙহৌদনা লোং মতবঙুমজে। অহৌ উমানা য়েংহন্না লৈব্রি হায়বা উহুনা মহাক্লা ঙাইহাক লৈরগা মতক হাইহুনা অম্নম্না হায়রকই, "নম্ভে, মহাক অমুক লাক্লরোই।"

উমানা থোইদোক্না থাজদনা হায়রকই, "লাক্লোইদবা ? শোয়দনা লাক্লি। থা অলিমক্তদা লাকপন্থ য়াই। নত্রগে দার্দা, লাক্লোইত্রবে ?"

হল্লকপা কয়া নুংগে হায়রদু মরুং থজই। চংলমদাস্নদা শৈলেশনা তাংখিবা যাইহে থুদিংমক মহাকী থম্মোয়দা য়েকল্লবনি, মহ পুম্নমক অহু উমানা করিগুম্বা মুখিংবু কাউথোকখিপনি হায়বা মহাক্না খনবা কাওবা ঙমদে। মথৌ-হুপীদা শৈলেশকী মপাবুংনা ঙমথীবা অকাম্নবা চংখি. হল্লকপা মতাংদা বিতানা কল্লক-য়েংথিবদগী ঈকাইবা কয়া কয়া নংহনক্ত্রে অমসুং মহু মতোল লোম্নমনখি-মা শৈলেশ মপামক্না মহাক্না চংখিপদবা হুখিংদুদনি। অহুম ওইনমক হিন্দু হুপীগী শিক্ষা অমসুং সংস্কারনা উমাগী কজবা লমচংকা চাংদম্নবদা মানা মপুরোইবগী যুম থাদোক্তুনা চংখিবহু ক্ষেত্রমোহন্না করিগুম্বা মতংদসু য়ানিংবা ঙমদে। য়াকম অনি থক্নুবদা মথবাম হুংঙাইরক্তবা মতম অহুমক্তদা অনি হায়দুনা মহাক্না মপাবু কাথৈ মহুনি, উমানা থোশাবিদবা থোওইবিদব থাংখি, অহুবু মপুরোইবনা মহাকী ধর্মগী আচরণদা চৈথেং পীখি, চৈনাথোল অহু মহাক্না থাংবা ঙম্মখিদে! অনিগীদমক্তা ওইরদা য়াই মতম কুইনগী তুংদা লোংমা মপুরোইবগী যুমদগী কৌবা লাকপা মতম অহুমা খজিক্না বায়োদনা, য়া মচেং অমক্তা তাংদনা অমসুং থদ্দনা হল্লকখিবহু। হিন্দু হুপীগী ধর্ম-তাকপা পোংশক অজিগা পারোন-পুরোন হাক্তগী চংনমক্রিবা পথাপ থাদোকক্লবা অমদি বিদ্বাগী মচাল মংলবা ক্ষেত্রমোহনগা পরিচয় লৈমদে; হৌজিক মপাগী ইমুংগা

চাংদম্নবগা মী অমগী থাজবগী অচেৎপা মশক অমত্তং মশাবু কঁংথোকচবগী শক্তি উক্লবদা মহাক মপালগী সমাজ'পুম্ববু অপিকপা অমত্তুং কবিত্তু লৈতবনি থল্লম্মী। মহাক্না মপুক্লিংদা হায়জরম্মী, অশ্চুক হাক্না তশেংবা মত্তাদ লৈবদি মথোয়গী কনাগুবী মুপী অমত্তদা লৈতে। মহাক্না চিংনজরকই, অশেংবা মওংগী থর্ম্মগী পোৎশক অনিমক মথোয়দগী ভামদ্রে। অহু য়ৌনা থাজবা অহুনা মশাবু মৈশা শাংহল্লবদা মত্তুং হন্দুনা চেন্দে, অচেৎপা নোঙ্কুপনা অবাবা অমদি ত্যাগকী মরক্তা মশাবু ইকথোকচহুনা পরীক্ষা তৌই, থাজবা অদি কদায় থিত্তাগীদি ? উমাগীদি ? অতৈম্ন মহাক্না মীশক কয়া থওই, অহুবু কদায়দা মনিগা চাংদমক্নগদগে ? মনিমক্কী থঙলক্লিবা মাইকৈ খঁমদনা চিংনয়কই অহুগা মাইকৈ অনদনা ভক্তিদা মহাক্কী থর্মোয় 'পুম্বা থনগৎলকই। মরমদি, মুমিং থরনি অনিগী মত্তুং-মক্তদা মপুরোইববু উথানা কয়াগী মতিক হুংশিনখি, বাকম মুসি মহাকঁ থঙদবা নত্তে। অমুক থংনবা মিংহুপমক্তদা মপুক্লিংদা থরুকই, পুন্নমক ভাউথখিহুনা অম্মুক চাউবা লাথোক ওইথ্রিবসি ওল্লুগী মীনাই মুসলমান অমনা মরম ওইবদনবা—মহাক্না ঙাকপা ঙমদবা চৎম-পথাপ অহুমক অমুক হন্না চৎনবকপনা তশেংনা মহাকঁপু য়ুঁম থাদোকহনবা তাখিত্রা। অত্তোপ্পনা তৌনিংবা তৌরুলগু, অহুবু মচে-বেম্মবু জিংশিংলুবদা থৌচিন্নবা কন্নিত্তু থঙজদবা হুপা অসি তশেংনা ঙকপা অমত্তুং বারোবনা চনয়দ্রে।

উমানা বাহং হংলগা মাইথোংদা য়েংহুনা লৈরি—পাউথুম ফংত্রবদা ঙক্কুনা হায়রকই, "দাদা, থুম্বিত্রেনা ?

"কম্বিনোনে ?"

উমানা হায়রকই, "করে, ঐনা হায়জরিবদি ইকে-বেম্মা অসি হল্লকপা য়াই। নহাকস্ত অহুম্মা খল্লনে দাদা ?"

মচলমুপীগী বাহং অহুদগী নৈখোক্লহুনা ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "অহুম্মা খল্লসি, কম্বিগুম্বা মহাক লাক্লরোই, মতম কুইনা মকম অহুদা লেল্লকখি, পুন্সিগী অহুম লাক্তনা লেনখিবা য়াই, অদুবু মহুলি হায়হুনা অতোপ্পা উপায় লৈত্রবরা ? থাকম অহুমক্তি ঐনা হায়রিবসি।"

উমানা চপ চানা খঙবা ওমদে, মহাক খুমদনা য়েংল্লা লৈ।

শৈলেশনা মহাক্কী চত্তুরবা মাইখোংদা য়েংলগা হায়রকই, "মহাক হল্লকপা ঐ চুমগনি খল্লে, উমা। মহাক ঐগী লুহোংবা লুপীনি, অদুবু মাবু সহধর্ম্মিনীনি হায়বদি ঐ ওমদে।"

উমাগী মায়োক্তা লৈবাক-মচা তাদবা ইঙ্গিত অসিদা ক্ষেত্রমোহন মপুক্লিংদা বাকৌরক্লে ; হায়রকই, "ঐখোয়গী ধর্ম্ম লৈত্তে, অদুগা অমুক সহধর্ম্মিনী ! অহুগুম্বা অরাংবা থাক্তু থমকহুনা কাম্নে অহুই, ঐদি য়ুম্বানবা থাননবা কিতম অমগী থাকম হৌদোকপননি ?"

শৈলেশনা শাথীনা চত্তুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ধর্ম্ম লৈত্তে ?"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "কদায়দা লৈবগে তাকউ ? শেল ভাল্লি, চাই-থকই, লোইরে। ঐখোয়গীদি সহধর্ম্মিনী লৈত্রবস্তু চংনবা য়াই। মতম অহুগী মীসিংনা শ্রাদ্ধ-শান্তি—পুজা-পাঠ ব্রত-নিয়ম, ধর্ম্ম তাক্লা চংনরম্মী, মখোয়দদি সহধর্ম্মিনীগী দরকার

লৈরম্মী। ঐখোয়না অহুক advance ওইশিন্নুগদৌরিবা করিগীনো ?"

শৈলেশনা থম্মোয় শোক্লুনা হায়রকই, "সহধর্ম্মিণীবু মহুৎ ? শ্রাদ্ধ-শান্তি পূজা-পাঠ—"

মহাক্কী বা লোইশিন্নরে, ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "মহুৎ ভাই মরুবি, অহু মতমা অতৈ করিসু মত্তে। নহাকসু হিন্দুনি— ঐসু হিন্দুনি—without offence—পূজাসু তৌদে, মন্দিরসু চংদে, মাইবা-পান্ডিগী মরা লৌদুনা থৌ-রু তৌবগী কত্তবা হৈনবীসু ঐখোয়গী লৈতে—হুপীশিংদি অসুকসু হেন্না ওইরিবনি harmless; ঐখোয় অচম্মা মীনি— অকবা মীনি। করি তৌগনি ভাই. ঐখোয়দা অহুক শাংবা মরেক মচা-ভরুকী সহধর্ম্মিণীনা, বাহৈ অতেনবা শুপী লৈরগা ঐখোয়গীদি জগৎদা চংনবা য়াররনি। ভাই নহাক্না খৌজালবিদুনা হাইরেক্তা য়াবিযু—ভবানীপুরগী মখোয়না কন্না তকশিল্লরবনি— নহাক্কী নচলদুপীনসু ক-হেন্না শামলে, হায়রিবসি য়াবো শৈলেশ।"

শৈলেশনা মাইথোং মক্না হৌগৎদুনা লেপ্লগা হায়রকই."নহাক্ ঐত্তোন্দা করেয়রিত্রা ক্ষেত্র।"

কিক্তমহৎ উবদা উবা থৌকম থডত্রহুনা হৌগৎলকই। ক্ষেত্রমোহনা কীরক্লহুনা হন্না হনা হায়রকই, "মত্তে ভাই শৈলেশ, মত্তে। করিত্তমা অহুগুম থবা তৌবা ভাববদি নত্তোন্দগী হেন্না ঐত্তোন্দা ঐ ইশানা তৌজববদি।"

শৈলেশনা হানিংদবা উৎথে, তপ্পগী চপ হুংনা লেপ্লনা লৈ।

# তরাঁমঙা

রাকম অহু থোইনা চাউথোকহল্লুবা তৌদনা ক্ষেত্রমোহন্না শৈলেশকী অপাউবা অমসুং লাংতক্নবা নেমনবা হুদিং মথা-তককি মতম শীন্নগা নোংমা অমুক লাক্লগা মতমহুদা ভবানীপুরগী মরিদা থম্ন-নৈমগুলি, মসিমক লেপতুনা মহাক উমা পুহনা মনুংদা চংখ্রে। অদুবু চরোল অমা কাওবা কাবাংজিউদা ছাপনা কোর্টা থজহৌদনা কেস অমা কংহনা মহাক কলিকাতা থাদোকপা তারে। চংলমদাবদা হুপা মমুম অমসুং দূপী মথুমগী মাইকৈগী ওইনা বিজাদা আশা শীন্নগা হায়রম্বী মহুদি, কেস অহক্কী মতিক hopeless ওইনা খজিবসি অপেংবদি মহু নত্তে। থোইদোক্কুহুম থা মরি চংলবা মাই, অদুবু থজহৌদনা লোইশিনথিবনু ওক্লিংডাই ওইদে।

মতম কনা কুইররগী চুংদা ওসি মহাক মাগী দুপীগা হরাও হরাও রারী শানৈ। উবাগী মচিন্দগী বিজানা থৌ:দাক থবমথৈ তাখ্রে, হায়রকই, "নহাক ইনম্মা উবাগী মকপ্নি থজগী: অহাক্কা অমুক দাদাগী লুহোংবা শিনবা ওখপনি হায়বা রাকম অসি থা অমরোমগী মথাংদদি ঐ থনবা ফাওবা ওয়মদে।"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "থা অমরোমগী মথাংদনু ঐ ইশাথক থনবা ওনশিবনা? অদুবু লৌজিতি ওপ্পগী থনবদা নত্তে, অদুবা ওইগনি খিরি। ইচে-হেনমা উবগী মকুপ ঐ লৌজিকনু ওইবি, অহৌবা লুনিং চুপ্পা থাগী হাইকনবা থজনবি, অমূনু ওইবরে ছিনবা অহ থম্মুহনা কারদে, মহুশীদমক্তা নোক কুনাহনা শিজনবী কনি অন কংলরি।"

বিভাকা মোমোন তৌবা মাঙ্গা হৈ-শিংনা লোকপা শীনোকী তেঙ্গা মপুরোইবদা থাহনা হায়রকই, "সুপা ওইবনা মরম ওইহনা ইনখনু শক-থঙবদা অহুক তঙ্গিবা ওইরবা যাই, অদুমু ঐদি উধমক্তদা যাবু থঙতরবনি। মহাক্কা লোয়নবা ঐখোয় নৌমিন্নবা য়াবোই।"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "অদুবুদি মিংখক্তা উধা কাওনবগি বিভা, মহাক মশানা নপোকখবা তাথি, অদুনা যাশী মফিল থঙবদা ঐখোয়গী মমক্তা খেন্নবা লৈথি, মদুদু চিংনগিংঙাই লৈতে। মওং অমগী থরমখৈ ওইরমগদি শপি পোৎশক অদু করি ওইরমগদগে কৌতিক মদু থমকপা অনেকনি, অদুদি ওইবা নওবী বাকম অসিদি ঐ য়ারে, ঐনা থরমখৈ লমগা লৌথি।"

বিভাবা হায়রকই, "ওইজগনু, মদু ওইরবদি য়ারে। জপ-তপ অদুগা পৌরিয়াগী মিংচৎ থঙহৌদনা হেনগৎলকপা মওং অদু উধব। ঐদি কীজরমবনি। ঐখোমপু মুসলমান নত্তে, খৃষ্টান নত্তে। অদুমু ইশ্য নত্তনা অতৈদি অতোনবনি, মখুং চাকয়বদি মাক্ত তাগরনি হায়জিন্না নাপল অমি করিগীনো? মপ্রশী পৌরিয়া চংক্লবদি অতে লপী পুখক নবকী লৰীনি, অদুনা পৌরিবা মশারমগদি চংদমা যাই, অদুবু মকম অমিমগি য়াবোই। অদুক য়াবোই হায়হনমি মপুরোইবগী মনাক্তা য়াশী চংলকম কংখিত্রিবা।"

হায়রিবসি অদুবদু নত্তে, অয়াবদু নত্তে। অদুনা অদুম-অমাল য়ামশিননা চাংলকপা তাকপা ক্ষেত্রমোহন ছুপিনা য়াগী মুখীগী লাইমনংদা থেংহনা লৈমুঙ্গী, পাতপুখ শীথা তনবে।

মতম অদুদা উমানা ঙক্না কা মনুংদা চংলকপদা চঙকুদুনা হংলকই, "করিনো দাদা ?"

বিভানা মপানা হায়খিবা বাহু পন্দুনা হায়রকই, "ঙসিগী মপাগী অাত কঞ্জবতনা ইনম্মনা থ্বাইদগী থাক বাংলগদ্রা ? নহাক্না বারৌরিবদু করিগুম্বা চুমই, অদুগা ইঙংলাংগীদমক দাদানা করিগুম্বা মাবু ঊকাইবা পীখি হায়না খনসি, অদুগুম্বা ঊকাইবা মঙংলাংগী-দমক নহাক্না ঐঙোন্নদি পীখিদবরা ? অদুমি হায়দুনা নহাকপু থাদোক্লমদুনা ঐ ইপাবদা চংলগদ্রা ? মসিম্না হায়বিরিবসি ?"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "অত্তে, মদু ঐ হায়রদে।"

বিভানা হায়রকই, "হায়বা ঙম্মোই ঐ খঙই।" উমাদা য়েংলদুনা হায়রকই, "নখোয়গী দাদা খঙহৌদনা মপালগী পোংশক উক্নবদা ঙমহংখি। হিন্দুগী কা হেনবা শিক্ষা ঐখোয় কংদে, অদুবু ইমা ইপাগী মকমদগী কংহৌবা খরা অদুনা লৈবাকমচা তাবা হেল্লি, হেন্না চুমই।" লোককেং ভৌরগা হায়থরকই, "নখোয়গী দাদানা ইনম্মদগী থরুমথৈ ঙমহৌবা পামজখিবনি। কমদোক্নুনা তাননবা অদুগুম্বা মতম ঐদি শংখিদে ইবেম্মা, অদুবু নহাক্না মঙোন্দগী করি করি ঙমহৌবগে, অদুগা বাংলিবনা করিনো, নখোয়গী দাদাদা ঙমগে হায়রবস্থ ঙম্মু।" অসি হায়রগা বিভা মচিন, পুমদুনা মোক্লকই।

ক্ষেত্রমোহন চুম্মিম্না ফমদুনা লৈ। নচলচুপীগী মমাংদা চুপীগী কোচিদু মঙোন্দা কম্না য়ুই, অদুবু পাউথুম পীবা ঙমদ্রে। হিন্দুগী চংনরোলদগী মখোয় কনা বাম্মা লাপথোক্লক্রবনি, "ব্রহ্ম

অসিমক্তনা মিংয়েং-মাংদা ইথঙ থঙহৌদনা উথাবু কংবদা মহাক ওয়মহংখ্রিবনি ; মহাকমক্তী শাক্তংনা ওসি ময়াম মমাংদা মাগী মকোক মোল্লিবনি। মৌ অসিনা মুক্ষম ওইহনা মহাক্তা শিক্ষা অমস্তুং সংস্কারগী মা ইমুং-মমুং মরি-মতাশিংগী মুপীশিংগী মকথদা চাউখোকচনা হন্না হন্না হায়খিবা মহুমক্তনা মঙোন্দা থোইদোক্তা চৈথেং পীরম্নি। মশাগীদমক উমা মশাদনা দামীনি, অৱানবনা মহাকপু শোকপা ওপঙম ওমদে— শোকপস্তু ওয়োই, মা অসি মক্তা ইচংথৌনা হায়নিংলবস্তু মচিন্দা পন্দুনা লৈখি। অহুনা মাগী মুপী চংথ্রবদা মহাক্তা উমাদা মরাল শেংদোকপগী মতৌঙম মিংজিং-মাংজিংনবা খোক্তেলনা হায়রকই,"হেক্তিনবা হায়বসি হীরম খুদিংমক্তা কত্তে, মসি ঐ মাদবা নত্তে উমা— হিন্দুগী অৱানবা অসি থাদোকপা পাম্মী ; অহুবু ঐথোয়না অমুকস্তু হেন্না কত্তে, মাকম অসি মানিংত্রবদি অমুকস্তু হেন্না অৱানবা ওইগনি।"

মবুং অমস্তুং মমম্মনা মা কক্থাক-ককশিন তৌহুনা থম্নৈনবদা উমা মতম চুপ্পদা তুম্মিম্না লৈয়রকই, বিভা চংথ্রবদস্তু মহুমক্তা হৌজিক কাওবা খুমদনা লৈম্নিবনি।

অহিং অহুদা ছাপরাদা চংত্রিঙৈদা ক্ষেত্রমোহনা বিভাবু কৌশিল্লগা হায়রকই, "ঐ হল্লকপা মুমিৎ মরি-মঙানি চংলবা মাই, চৈরক অসিদা ভবানীপুরগী মখোয়গী কমানো অমা কন্নিওম্না থেংনবা খোক্লবদি শৈলেশপু মাংনবা ঐ ওমগনি হায়মু।"

বিভানা হংলকই,"অহু ওইরবদি ইনম্মা অমুক হল্লক্লরোইত্রা ?"

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "হল্লক্লরোই। অহুকী মতিং খল্লিবমখৈ শৈলেশদগী মহাক্তা মরাল চাউই হায়না লিংই। নঙগী

থাহ্ন অহুম্বরক্তি। মীওইবদু অহুক থৌটিনহনবা অইগা থনাদনী য়েংবা শিন্দা অহৈগী মমল মতম অমদা কনা কায়রবনু থৌমিতি মথংদা হাউরে, মক ওইবা ঐখোয়গী ইরক্তা মন্থ অমুক হয়া চংনবগী কারবা লৈরে। মহুমক ওইবদা ক্লাই। ইকে-খেমগী থৌমচং-শাজংতা তাং হাউই, অদোংবা পোংশক কয়িনু হাউরে। হাউবয়বদি য়ুম থাদোক্লমোইদবনি। করে, চৎলে!" অদি হায়রগা মহাক ইমুংদগী খোকথিহুনা কারদা তোংখৎরে।

সহর থাংদগী কেস পোক্লয়মগা কলিকাতাদা হন্নকপদা মহাক হুমিং মতাদনিগী মহুত্তা ভয়ানি থিজরে। ইমুংদা মখোত থাংজিন্নকপমক্তদা উমাগা উনৈ। মহাক্না পাউ পীবে মহুদি, হুমিং নিদিগী মমাংদা থা তককী ছুটি লৌখ্রগা শৈলেশবাবু এলাহাবাদতা অমুক চৎরে অমম্নং সোমেনবুম্নু স্কুল থাদোকহন্দুনা পুহনা চৎরে।

"অম্নুম্না ইখত্ত থত্তহোদনা হেক্তা?"

উমানা হায়রকই, "কনানা থত্তগনি। সোমেনবু লৌবা লাকই, মহাক মশান্নু হকচাং মুংজাইতে হায়রগী।"

নিজগী কাদা চংলকপমক্তদা মত্তোন্দা অত্তমনা ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "হকচাংগী মুংজাইতবদি মশাদা। তাকবনি, অহুনু মহুনা লাকনা ফোকদবদি নত্তে।" অইতনু কদি কহিনা তাংগায়রকী তৌরকই, অহুবু উমা লেপতুনা লৈরবা উবদা ছুপ্পিনা লৈরে।

## তরাতরুক

বেরিষ্টর অঁইতে মঙা-তরামা মতম লেমম্বিবা মতৌ অহুম্বা কেন্দ্রমোহনগী মতমদু থৌদ্রি। খুবংঙা শেল পামররক্লবমা হিন্দুগী ধর্ম্ম অমিমা লোমচং-শাজং ঙমথৈ নাইদনা থাগৎলৈ, অচুগা শেল পামররক্লবদি তুম্মিমা লৈখোকখি—হায়রগুম মনা-মনিম নাইদনা মৈলিন্দুনা লৈ। মহাক শৈলেশকী তপেংনা মাইকনবা থনবা মীশক্লি। মহাকপু মশক থঙই— শৈলেশকী মতৌগুম থম্মোয় শোনবা কাংলুপকী মীওইবু থবক খুদিংমক তৌহনবা মাই, অসি থন্দুনা মহাক্না ভবানীপুরগী বাকম হৌজিক কাওবা মখুতগী থাদোক্লিবনি। মথোয়দা অসি হায়হনা থাজহল্লক্লি মহুদি, নোংচুপ্পগী হল্লকপা কাওবদা ঙাইবিখো। মচে-বেম্মবু মহাক্না হৌজিকসু মহৌশাগুম সুংশিন্নি হায়বা মাই, হায়রগুম হৌজিকসু মঙোন্দা শ্রদ্ধা লৈন্নি, অহুম্বু মহাক হল্লকপগী অমুক কায়ত্রে। মকম অমদবু লৈরবসু হকচাং কনা লৈসনু, অবাং-অপা লৈতসু, মহাকী ধর্ম্ম-পুজিদা হেনগং-হেনগংনা চাউখংপা ওইসনু, শৈলেশকী মুমদদি অমুক হল্লক্লসনু। মশাগী অরানবা অমা হৌজিক তোইনা থল্লকই, মপুম্মোইববু উযানা সুংশিবা ঙমদে, সুংশিকবা ঙমস্তু ওইথোক্তে। অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈরাক কল্লবা আচার-বিচারগী মরক্তা লৈরক্লুনা শাজং-পুজং তমথীরক্লবনি, মরম অহুনা মীরক্লেন-দগীনা নাইরক্লেনগীনা হেমা মহাক্না লুনা থজিবনি। মপুম্বোইববু থাদোক্লুনা চংখিবসু মহুনা অহুক নাক্না ঙমখ্রিবনি। শৈলেশকী

মশাদা মপুবোইবা অমা ওইবগী গুণ লৈ, উষাগী লোনচৎ অদুদা মহাক্না কঁবা অদুক থম্মোয়দা লৈশা লাংখি। মহাক্না হন্নস্থনি, সোমেনবু মহাক্না অদুক থুনা সুংশিবা ঙমখি; অদুবু শুপ্পগী মাগী চৈরাক কনবা মথৌদাং অদুগী মাইকৈদগী ঙমখিবনি। অশেংবা সুংশিবা নঙবনা চৎকদবা লুমিং অদুদস্থু কদায়দস্থু থম্মোয় লিচিং অমঙা লৈখিদবনি।

মতৌ অম্মুম্না মখোয় কলিকাতাদা মকম লেপ্লি. থা অমি হৌগ্রবা তুংদা ইখং-থঙহৌদনা এলাহাবাদতগী পাউ লাক্লে মহুদি. সোমেনবু অদুক অঙাং ওইনা শৈলেশনা লাইমিং লৌখিবে, অমস্থু মশামক ভক্ত বৈষ্ণব অমদা দীক্ষা লৌরে। গঙ্গাহাব নোংমা কাওবা লেপ্পনবা, মপা মচাগী উপায় লৈত্রে অমস্থং শাস্তা পুন্নক্না পুনরকপা লক্ষ্মী অদুদা কাওবা শৈলেশ চৎত্রে।

অসি তানদা উমানা তুশ্মিন তুশ্মিন নোল্লকই।

বিভানা হায়রকই, "লক্করক্লিবসি কনানো? যোগেশবাবু?

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "পাউ যোগেশবাবুগী মকমদগী লাক্লিবনি, অদুবু লক্করকপা মমানা অদুক হাক্না মহাক্না চান্নরুদে।"

বিভানা হায়রকই, "দাদাগী মকুপ্পিদনা, দোষ করি লৈ?"

গুইহাক্তং লেপ্লগা হায়রকই, "করিগীনো থঙবিরম্না? ইনস্থগী রাক্ষম পুন্নমক দাদাগী মকমদগী তারমগনি, অদুনা মরাম মরক অসিদা নহাক্না মাগী কা-হেনবা ভক্ত ওইরম্মী— অদুমক্না নঙোন্দমক করেমরক্লিবনি।" নোক্কুনা হায়রকই, "কেশ হৌগৎলকপদা মরক মমক্তা লৌশিং করিগুম্না ঐঙোন্দগী লৌরবদি কেশ শোক্লবদা

অশুক হাক্লা মাইখিরমদবা য়াই। উমা, ঙসিদি খন্না খুংলৈ খুনা লোইশিল্লু, পুং তরেং কাওবগী মনুংদা খুংলুক্রবদি লাবণ্যনা শাউগনি। নখোয়গী দাদাবু মরুমদা কৌশিল্লগা অমুক্তা হায়য়ু ইবেম্মা, ঠিকাহ্ হৌজিক্তগী কনসল্ট তৌহৌনবা—পৈশা পীরিবা মখোয় অহ্ হরাওজগনি।"

উমা মচিন খুমহ্না নোক নোক্লুনা চংখ্রে। যোগেশবাবুনা করেম্নরকপগী মরম মনম্মনা অনুমান তৌবা ঙম্নে হায়বা মহাক্লা খঙলে।

মসিগী মুমিং মঙা তরুক্লিগী মতুংদা য়াম্না শাংবা চিঠি অমা ক্ষেত্রমোহন্না পুরক্লুনা মাগী মুপীগী মমাংদা হুজিল্লগা হায়রকই, "যোগেশবাবুগী মপানা ইরকপনি। চহি হুমফুতরামাখোই-নিখোই শুরবনি—ইমিংমক্লদি মশক উত্রি, চিঠিদা খঙনবনি; করম্বা মীওইনো ঙশেংবদি খঙদে, অহ্নবু ঐঙোন্দা ফাগি জোগাই তৌরক্লোই হায়বসিনদি তশেংনা খঙই।"

শাংলবা চিঠিনি, বাঙলাদা ইবনি। মকোক্তগী লোইবা ফাওবা অনিরুক হন্না খোজেল খোক্লা পারগা বিভানা মমাই নোনখংহুনা হায়রকই, "করি মতৌনো? নহাক অমুক্তদি চংশিরু।"

"অহ্নবু ঐগীদি মিনিট অমা ফাওবা মতম শংদে।"

বিভানা হায়রকই, "মহ্ হায়বনা য়ারোই। খুদোংথীবা অসিদা ঐখোয় চংত্রবদি অতৈ কনানা চংশিগদগে? চিঠি অসিগী তংখায় অমা ফাওবদং করিগুম্বা অহুম্বা ওইরম্নবদি মহ্নগী হেন্ন

শাথীবা খুদোংথীবা অমম্বুক লৈতে হায়বসিদা চিংনবিংঙাই মরিক অমত্তা লৈতে।"

ক্ষেত্রমোহননা মঙক নোমহনা হায়রকই, "চিংনবিংঙাই লৈতে, হীরম অদুদা ঐখোয় মপুং ফানা মত অত্তনি। অদুবু কমদৌনা চৎকনগে ? অদুগা চৎলুরগবু খুদোংথীবা কোকনি হায়বা অরেপ্পা লৈবরা ?"

মখোয় অনি ফনা কুইনা বা ওাংদনা কমহুনা লৈ। মমৈথংদা থুংশা মপী হোন্দোক্লগা ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "শৈলেশপু পুম্নমক তৌহনবা য়াসনি। পুকচেল লেপ্পা হায়বা পোৎশক্তু মঙোন্দা ওৈপ্পে লৈতে। মহাক শিগে শিজরসনু, লোয়ননা মচাগুপাহুবুস্থ মহাক্না মাংহনগদৌরিত্রা অসিদনি বারিবসি। করিগুম্বা মওং অমমবু ওইরবস্থু মহু নবাক্না থিংবৌগমবনি।"

বিভা মাইথোং মক্না নুংঙক-মুংজাননা চপ য়ুংবা কমহুনা লৈ। মহাক্না কপ-লাউবা বারৌবা পুম্নমক তৌবা ঙমগনি, অদুবু থিংজুবা মবাক্কী মতিক ওইদে, মহু মহাক্না মপুক্লিংদা খঙৈ।

ক্ষেত্রমোহনা কনা কুইনা ভুম্মিনা লৈরগা ওপ্পা ওপ্পা হায়রকই, "চিংনবা ঐ কুইরক্লবনি, অদুবু পোং অমদি ঐ তশেংনা খঙলে বিভা, উষাবু নখোয়গী নবুংনা তশেংনমক মুংশি। অদুক মুংশিবদি শোয়েনগী মমাদ কাওবা করিগুম্বনস্থু ওমবিদে। পুম্নমক অসি মহুগী reaction ওইরম্ব বাই।

বিভা লাউরক্লে। হায়রকই, "অদুনা অদুমা তৌহনা মাগী থম্মোয় কংনবা হোংলরিবা ? ভাবিয়ু, ঐগী ইবুং থম্মোয় শোনবা

যাই, অহুবু অয়ম্বদি নত্তে। কনাগী মশুংলাংগী ওইরবনু অহুম্মা ঠোক তে ইহুনা জাল তৌবা বাথল মাগী মকোক্তা চংলোই।"

অহুবু reaction হায়বা পোংশক্তু কয়াদা ঙকপ্রবা থৌওংনো হায়বা বিজানা করি খঙগনি! য়াকম অসি ক্ষেত্রমোহন্না গুপ্তগী লাইব্রিক্তা থেংনখিবনি; মহাকনু মসিগী মরমদা খোইদোকপা খঙদে, অহুবু মাগী মুখীনা শাউরকপগী পাউথুম ওইনা মহাক ভুম্মিনা লৈত্রে। অমম্বদা মহনা তর্কগী লান শোক্নবা মহাকী মথৌনা লৈত্রে।

অহুবু reaction ওইনিংবা ওইজসনু, থবকী মতাংদদি বিজানা জয় ওই। মপুরোইবা সুমিৎ নিনিগী মনুংদা থবক-ইথাং হুন্দোকলমহুনা এলাহাবাদ তম্না খোঙশানবা তাখি। হন্নক্রগা মহাক্না মথং-মনাও নাইনা তম্নরিবা অহু নোক্লিংঙাই ওইবা অহুক পাখংনিংঙাই ওই। যোগেশবাবুগী য়ুমগা নক্লনা লৈরম্মী, অহুবু শৈলেশকা উম্নবা কংলক্লে, মহাক গুরু-ভাইশিংগা লোয়ননা শ্রীগুরু-পাদপদ্ম দর্শন তৌবা বৃন্দাবন্দা চংখি, মহাক সোমেনগা উম্নরকই। মহাক শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না ব্রহ্মাচারীগী ফিজেৎ শেৎলি, শাস্ত্রনা য়াবা লোনচৎ-শাজং চংলি, লমদম অহুগী মতিক-মম্নাই লৈবা ব্রাহ্মণ অমা লাক্লুনা অয়ুক অমস্তুং নুমিদাংবাইরমদা ব্রহ্ম-বিদ্যা তম্বিরিমালে। অসি হায়রগা ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "ঐবু উবদা মরাইবক খিরবা অঙাং অহু মপী জৈরা চেল্লি, মাগী মশক উবদা চাবগী মুংঙাইতবনা মঙোন্দা থাউদগী হেন্নমগদরা হায়না খল্লি।"

মুপামচা অহুবু বিজানা মওং অমদা মুংশিজবা লৈ, খোইনা কম্না মুংশিবা নক্লবনু মীরৈবাক্তা অবাবা থাংলি তাবদা মহাক

থাংবা ঙম্লক্তে। মহাক্কী মমিং পীনা থুমহংলক্রে, হায়রকই, "মাবু মবহুনা পুখিরক্লিবা করিগীনো ?"

ক্ষেত্রমোহন্না হায়রকই, "মহু পামদবদি নত্তে, অদুবু খল্লুনা য়েংবদা মহুনা মরৈখংদা অকবা কল কংলোই খঙই। ধর্মদা লুপ্পবু ঐ খ্বাইদগী হেন্না কীজে। শৈলেশ ঐখোয়গী কা হেন্না লাপথোকখিহুনা তোকনি।"

বিভানা মপী তৈথোক্লগা হায়বকই, "অম্মুয়া খোক্লমগনি খঙজরয়বদি ঐ ইশামক কতুং ইঙ্গরমগদবনি।"

## তরাতরেৎ

চিঠি থানবা মওং অমদা লেপত্রে, অদুম ওইনমক মরি-মতা মরুপ-মপাংশিংদগী শৈলেশকী অঙকপা থৌদোগী রাকম শন্দোকপদা অপনবা লৈত্তে। মকম অমদা অমদা রাকম অদু থৈদোক-থৈজিন তৌনা তয়ে। ভবানীপুরদা পাড অসি লোংপা লৈত্তে হায়বদা হায়মনবা ওইরোই। বিভা ঈকাইবনা মশক উংপা ঙমত্রে, তুপ্নগী মপুরোইবগী মকমদা মহাক্না নাপল তৌনা হায়রকই, "দাদাদা হায়্না হল্লকখিসনু, ঐগী মাংদা অম্মুয়া অমুক তৌবা ঙম্বা য়েংগে।"

ক্ষেত্রমোহন তুপ্নিনা লৈরম্মী—বিভাগী মতেংনা থোইদোকপা থরা তৌবা ঙমগনি হায়বা মহাক্না থাজদে, অদুবু সমাজগী অকনবা ইথিনদু মহাক্না থরমখেদি থাজে। থম্মোয় থোংপা

শৈলেশনা মতুম কুইনা মহু ঙাকুনা চংপা ঙম্লক্লোই হায়না মহাক্লা খল্লি !

সোয়দা শৈলেশনা অমুকন্দু থা মরি ছুটি শাংদোকহল্লে। মহুস্তু লোইশিন্নকদবা থা অনিদা ঙাইরে। মহাক থবক থাদোকপা ঙম্লোইদবা অশেংবনি, গঙ্গাস্নান কনা তৌহনা অহৃগা চন্দন কনা খিন্দুনা প্রয়াগতা মহাক লৈজরুসন্দু, শ্রীগুরু অমস্তুং গুরুভাইশিংগী ক্যাংবুনা মঙোন্দা থবক তোক্লো হায়বদি কনা তৌহনস্তু ইকশিল্লোই। অহৃগী মতুংদা হল্লরুবদি অমুকং ময়হনা য়েংবা হায়বহুনি।

থুখিং অহৃদা চা থকপা কয়বদা ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "অহৃবু হৌজিক ইচে-যেম্মা উবা লাক্লবদি মহাক্লা হাধু হাধু মবুংবু কৌহনা মপামদা চেয়নবা লাং থাক্লরোই। জপ-তপ তৌমিন্নহনা মবাম্নি চায়রগনি।"

বিভাগী মাইথোং মকশিল্লি, হায়রকই, "মা লাকপগী রাকম লৈ-লাকপরা ?"

"ভাদে।"

বিভানা ঙাইহাক ভুশিন্না লৈরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "খুঙ্গংদদি মথল মথলগী হিকাপ-তেমকাপ লৈ হায়নৈ,— করে, থাজবিনরবা ?"

ক্ষেত্রমোহনা নোকুনা হায়রকই, "থাজদে। করিগুম্বা মহু লৈরম্বা থোক্লরন্দু মহাক্লা অহৃগুম্বদি থক তৌরোই।"

"করিগী তৌরোইদৌয়রিবনো ?

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "ইচে-যেম্মবু ঐ পেল্লরবনি, মঙোন্দা ঐগী নোম্লুকপা লৈরম্বা অহৃস্তু অমুক লৈজরবনি, অহৃবু অহক

তোনবা থবক্তি মহাক্না শুপতো তোরোই হায়বা নঙোন্দা ঈশ্বর পন্দুনা হায়বা ঙমগনি।"

বিভানা ভশেংনা থাজবদি ঙমদে, শুপ্রগী ভপ্রা ভপ্রা হায়রকই, "তৌনিংবা তৌজসনু, অহুবু মুপামচাহুবু ঐনা নমহুনা মুন্দুনা পূরকনি হায়না নঙোন্দা ঐনা রাশক্তুনা হায়রিবসিনি।"

মীনাইনা লাক্কুনা পাউ পীরম্বে, বন্ধুনা অচোবা কার্পেট অনি পাম্লি। বন্ধু শৈলেশকী মতম কুইরবা মীনাইনি।

বিভানা ঙকপগা লোয়ননা হংলকই, "মহাক্না কার্পেট পুরগা কৈদোনগদোরিবনো?" ঙাংনা ঙাংনা মবাক্নি মপান্দা থোককপ-মক্তুদা বন্ধুনা সলাম তৌরগা মহাকী বাহু হায়জরকই।

"কার্পেটনা কৈদোনকপদোরিবনো বন্ধু?"

"কনানা থঙগনি মেম-সাহেব, ঈশৈ-নোংমাইরা করিনো তৌগদোরিমাল্লে।"

"কনানা তৌগদোরিবা?"

"সাহেবকা মী অহুম-মরি লোয়নরকই, মখোয়না তৌগদোরিবা ওইরমাল্লে।"

"দাদা লাক্রবরা?"

কেত্রমোহন্না হায়রকই, "শৈলেশ লাক্রবরা?"

বন্ধুনা মঙক লোমহুনা থঙহল্লকই মহুদি, ঙাং অহিং মখোয় লোইনা হক্লে। কার্পেট পুহুনা মহাক চংল্লবদা মখোয় অনিমক মক্ত জুক্না বা ঙাংদনা লেপতুনা লৈ। মুমিং অহু করিগুম্বা মওংদা ঈংথহুনা লৈরগা কেত্রমোহন মথং মুমিংকী মুংখিলদা

বিভা অমম্তুং উষা পুন্থনা যুম অহুদা লাক্লে। মহৌশাগী মতৌগুম মথাগী লাইব্রেরী কাদা চংলকপদা অপনবা কংলে। থোঙদা য়ানবা অথাবা পর্দ্দা অহু লৈরমজ্রে, মহুংগী পুম্নমক মিংতা উরে। মোংমথক্তদা ইমুংগী ফিভম পুংমওন ওন্নয়ে, লাইব্রিকী আলমারিশিং লৈরি হায়বা য়াই, অহুবু কব্রিগুম্বা পোৎ-চৈ অতৈ অমত্তা লৈজ্রে। লৈমায়দা কম্বল থারগা মহুক্নী মথক্তা অপাকপা মোম্পাক-ফিদক অঙোবা অমা থায়গা য়ায়া মপুক্লিং শুংঙাইনা শুপা অনিথক মশা 'পুম্বদা হরিনামগী ছাপা নমহুনা ভকশমদা অচৌ অচৌবা তুলসী মালা শিহুনা কমহুনা লৈরম্মী— থঙহৌদনা সাহেব যেম উবদা মথোয় ইথক থকংনরকই। মথোয়গী পোথাবদা অকায়বা পীরমদনা মথোয় অহুম মথক্তা কাথংকদবগী তৌরকই, চাকথোংবা ব্রাহ্মণ উড়িয়া-মচা অমনা থামহুনা হায়রকই, "মথকী কাদা গোঁসাইজি লৈ।"

"গোঁসাইজিহু কনানো?"

চাকথোংবা ব্রাহ্মণ তুম্মিন্না লৈ।

"সাহেব কদায়দা লৈ?"

মহাক্না মথক্তা মথুং থিন্দুনা তাক্লকই, ক্ষেত্রমোহন্না মকম অহুদা লেপতুনা 'শৈলেশ' 'শৈলেশ' হায়না হৌনা কৌরকই। সোমেন চেংহোরকই। থঙহৌদনা মহাক্কী ফিজেং অমম্তুং মশক উবদা বিভা থংকপ কপ্লক্লে। ফিজেত্তা মপাল চন্দবা অঙোবা ফৈজোম শেংলি, মকোক্তা শিখা চাউনা থাকই, ভকশমদা তুলসী-মালা শিন্নি; মহাক্না লাপ্তক্না থুক্নরকই, অহুবু মনাক্তা চংশিল্লক্তে।

উমানা ফাননবা চংশিল্লি, ক্ষেত্রমোহননা ইঙ্গিতনা থায়গা হায়রকই, "নৈনহৌরসম্ব, মতম চাদনা অমুক শোকলুবগী কান্নিদে। মাবু অমুক ঈকুম্বম্লবা য়াই। বাবা কদায়দা চংখিবগে সোমেন?"

সোমেন্না হায়রকই, "প্রভুপাদ শ্রীগুরুদেবগী মনাক্তা ফমদুনা শ্রীভাগবত পাঠ তৌরি।"

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "ঐখোয় লেপতুনা নৈহৌই হায়না শ্রীবাবাদা অমুক্তা পাউ পীরু।"

"মহাক পাউ কংলে, লেংলক্লনি।"

ভাইহাক নৈরগা থুকম তোংদুনা শৈলেশ মখাদা কুমথরক্লে। কিজেং, কুরিং, মকোক্তা শম য়ামদনা থাক্লিবা শিখা নত্তনা মহাক্তী মপালগী শকমদা খোইদোকপা করিগুম্বা অহোংবা অমত্তা নৈতে, অদুবু মদুংগী মাইকৈদদি কমা য়াম্না হোংলে, মদু মিংনা কুপ্পদা উবা ংই। খোইদোক্না খোম্লুকপা ভাবনি, বাভাং ঈংই— উমা অমম্ভুং বিভাঁনা থুকম্বদা মহাক্তা লাম্না লেপতুনা আশীর্বাদ তৌরকই, মশা শোক্লমবা চংশিন্নক্তে।

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "য়ুমসিদা কমকম মচেং অমত্তম্বু নৈত্রবরনে?"

শৈলেশনা ঈকাইবগী মওংদা হায়রকই, "মপালগী কাহু য়াম্না মোংলে, শেংদোকহনখিবা তারি।"

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "অদু ওইরমদি হৌজিক্তী ওইনদি ঐখোয় বিদায় লৌগদগে।" সোমেন্না মেংদুনা হায়রকই,"হৌজিক্তি

চংলে। ঐখোয়গী দরকার থোইনা অমুক লৈরম্লোই হিংই। অহ্ ওইরবস্থ হায়রম্লিবসিনি, কমকম মচেং অমত্তুং করিগুম্বদা লৈরকপা থোক্লবদি পাউ পীরকউ ইবুংঙো। চংলে।"

শৈদেলশ তুম্মিরম্বা লেপতুনা লৈ।

পাডী মল্লুংদা বিত্তা কনাগম্থ 'রা মচেং অমত্তা ঙাংনদে. মকাক্লী থিংলু অনিদগী পী জর জর শিন্থ্রি! রাকম অমা মহাক্লা চিংনবা লৈতনা থঙলক্লে, য়ুম অহ্দা মথোয়গী মকম লৈত্রে। মবুংন্থু কৌনিংবা কৌজরবস্থ সোমেনবু মকাক্লা নমহুনা মুল্লকনি হায়রনা বিক্লানা মপুরোইবগী মকমবা রাশকথি! নুংশিবগী চাউথোকচবা রাকৈশিংহ্ মতৈ-মনাও মবানিমক্লা হন্ন; কন্না মপুক্লিংদা নিংশিংলকই, অহুবু শাথীবা ইকাইবনা মহুগী মরমদা কনানস্থ রাইহ্ অমা ফাওবা কাংথোকপা ঙমদ্রে।

মসিগী মতুংদা থা অমরোম হৌত্রে। মরক অসিদা রাকম অহ্ মণি-মতা অমত্থুং মকপ-মপাংশিংগী মকয়দা অসিগুম্বা থম-নৈননিংঙাই ওইবা মওং অমা ওইত্রে মহুদি, মীওইবনা অচুম্বা অহুগী মনুংদা লেপতুনা অমুক লৈথোকনিংদে। মথং মথং হেল্লিনা লৈশি-লৈথোন হাপকংনতুনা পুম্নমক অহুবু অসিগুম্বা কত্তবা মশক লৌনত্রে মহুদি, কদায়দস্থ চংথোক-চংশিন তৌবা বিক্তাগী মকমদা ওইথোক্তবা ওইহনত্রে, অতুম ওইনমক মাইকৈ অমত্তদা করিগুম্বা অমত্তা কনানস্থ উবা ফংত্রে। ক্ষেত্রমোহনা থঙই, সংসারদা ঙাংনথিংবা-শক্লনিংবা কবা মতমগী মতুং ইন্না হন্থরকই, থাংবা কন্না তুম্মিন্না লৈবদুনা মহুগী উপায়নি, গুম্নদগী লাইংরবাক্ত

য়াইকক্লনবগী ললোনববু অমুক্তং হৌক্লরবদি পাক হেক মহু থাম্লোকপা ঙমদে। অরেপ্পা লৈতবা লম্বীদা মসিনা থোইদোক্লা অরেপ্পা লম্বীগী আশাদা মীওইবনা ভাওহুনা তত্তনা ইন্নহুনা চৎলি। মসিগীদমক মথক্তা থ্বাইদগী শক্লোন পুন্নিবদি উমানি। মরুপ অমম্তুং য়েক্লবা ওইনা মাং-তাক্লবগী মৈ চুথংলম্বদি মহাকমক্লনি। করিগুম্বা মওং অমদা পাউ কংহুনা করিগুম্বা মহাক লাকপা থোক্লবদি মাং-তাকপগী ঙমথৈ অমুক লৈরম্বোই। ভূপ্নগী খিঁভাদা লত্তে, মহু থল্লবদা উমা, মহাক্তা নত্তনা ক্ষেত্রমোহন কাওবা হন্দক-মরক মৈশা লাংলক্লে। তশেংনমক মহাকপু লৌহন্নু-মমত্রবদি হৌজিক ওইরিবা মওং অসি করিগুম্বদম্ব ওইনিংঙাই লৈতে।

ঙসি য়োংম্বাইজিং হুমিত্তা মতৌ-মনাও ফম্মিনহুনা মসি থম্নরকই। ঈকাইবা নংহুনা হন্নকখিবা হুমিং অহুদগী মথোম্ন মাইকৈ অদোমদা অমুক মম্মাই ওনখিত্রিবনি, অহুবু য়ুম অহুগী পাউ তাবদা চিংথবা লৈতে। গুরু ভাইগী কাংবূ মকমহুদগী লেংবগী বা মচিন্দা কাওবা পন্দে অমম্তুং শ্রীগুরু অমম্তুং গোঁসাই-ঠাকুরানী মথকী কাদা অহুম্না অহুম লেংদনা ঙাহোইবিরি। অমুক্তা সন্ধ্যাদা নাম-কীর্ত্তণ লেপ্তুনা চৎথরি, ঈশ্বরদা ভোগ কংপগী থৌশিল অস্তুম অস্তুম হেনগৎলক্লি। অসিগুম্বা পাউশিংসি মকুণ-মশিজাশিংগী মকমদগী বিভাগী নাকোং য়োরকই ; ভূপ্নগী হেঁজিনবা বা অমগা ভাই মহুদি, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লম অমা লৈরগা শৈলেশনা গুরুদেবগী আশ্রম অমা শাননবা সঙ্কল্প তৌগ্রে অমম্তুং মহুগীদমক্তা শেল য়াম্না পুননবা চেনখি।

বিভানা মাইথোং মক্না হায়রকই; "মসিনা করিগুম্বা অদুখা ওইররবদি দাদাবু অমুক্তং কমবিনবা থোংবিরক্লোইদ্রা অঙাংছু ইমাংদা অদুম তাউথহনগ্রপগ্রা ?"

ক্ষেত্রমোহন্না মুংশা মপী হোয়গা হায়রকই, "করি তৌরুবা ওমগদগে হায়রু ?"

বিভা তুম্মিন্না লৈ। কমদোনা করি তৌগদগে মহাকন্না খঙদে।

ক্ষেত্রমোহন্না খংহায় হায়রকই, "মুমিংতুদা চংলুবদগী কৈদৌঙৈদম্বু অমুক্তা চংলুক্লি, ওসি অমুক্তা চংলুসি।"

বিভাগী খম্মোয়দা ওসি অশেংনমক কপ্লিবনি, অদুনা ওসি মাগী খম্মোয়দা ঊকাইবা ব্রারৌবা পোক্তবা ওইরশা রাই, ইচম চম্না শং রাদুনা হায়রকই, "চংলুসি।"

উমাবু ওসি মখোয়না পুক্রে। মুপীমচা অদুগী মমাংদা ঊকাইবগী চাং হেনগংহনবা ওসি মখোয়না পামক্রে। মখোয়গী কার শৈলেশকী যুম য়ৌদুনা থারে, মতম অদু পুং তম্না তারে। মপালগী থোঙ ওসি হাংলম্মী, গুরু-ভাই অনিদু লৈমায়দা কমদুনা পোংয়োম চাউনা য়োম্লম্মী।

ক্ষেত্রমোহন্না হংলকই, "শৈলেশবাবু যুমদা লৈব্রা ?"

মখোয়না মমাই লৈথোক্লুনা য়েংলকই। ডাইহাক ছুম্মিন্না লৈরগা করি খল্লক্লবনো মরৈথংদা হায়রকই, "লৈতে, মহাক নহাল নবদ্বীপ থামদা চংখি।

"কৈদৌঙৈ হল্লকদগে ?"

"হয়েং মত্রগা হংচিং অমুক।"

"বাবুগী মচাহুগা মুমদা লৈবরা?"

মখোয় অনিমক্তা মঙক নোমিহুনা লৈ হায়বা খঙহল্লকই অমম্মুং থুলক্তা মখোয়দা মপুক্লিং চংঙ্লে।

অহুগী ভুংদা ইমুংদা চংলকপদা মখোয় অনিমা চপ মান্নবা উরগী, লাইব্রেরী কাগী খোঙদা হান্নগী অথাবা পর্দা অহু ঙসি অমুক মাল্লয়ে। খজিক্তং হাইদোকলুবদা উরে, মহৌশাগী পোং-চৈ পুম্মক মকম মকম চানা অমুক থম্লয়ে। থবিভানা হায়রকই, "মুপা অনি অসিবু তাম্বোকুনা দাদানা মুম অসিগী কজবা অমুক হজিল্লহল্লে। অকবা বুদ্ধি অসিদং কাওবা করিগুম্বা অমুক লৈরকপা মাই হায়বা ঐ আশা তৌরক্রবনি।"

অহুবু মহাক্না রা ঙাংবা লোইকাংখত্রিডৈদা খঙহৌদনা ভুংলোমদা মখোয় অমা তাহুনা মম্না য়েংথোকউবমক্তদা মথানি চঙক্লহুনা ডুশেংনা রা ঙাংবা থোকখিগ্রে। সোমেন কদায়দনো চংথোক-লুবদগী হজিল্লকপনি, মমরগী বল অমা শান্ন-শান্নরকহুনা লাক্লি! কদায়দা চংগ্রে উরিক, কদায়দা চংগ্রে শিখা, অহুগা কদায়দা চংগ্রে মাগী ব্রহ্মচারীগী ফিজেং। ফুরিং লিংতে, অহুবু অঙকপা কংনা কজবা মপান অঙাংবা চনবা কৈজোম শেংলি—মকোকী শম বাঙালী মুপামচাশিংগী মতৌগুম তক তক হংলি, মখোঙদা পম্পা-মম্ম ভোংই। মহাক্না চেনশিল্লকুনা বিভাদা কোল্লগা হায়রকই, "ইমা, লাক্লে ইবে-বেম্মা, চাকশঙদা চাক থোংলি, চংলসি।" অসি হায়রগা মহাক্না চিংলকই।

বিভা নুংবংনবা লৈম্লে। ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "ইমা লাক্লে হায়বা নত্রনে সোমেন? অদুনদি হায়গে—"

"ওরাং মুংথিল থুংলে। মামা, চাকশঙদা লেংশিল্লুখিসি।"

"চৎসি।"

মথোয় অহুম চাকশঙ ময়া য়োৎরকপদা উষানা খঙলদুনা মখুৎ হামদোক্লগা মপান্দা থোরকুনা লেপ্লরে। বিভানা খোঙউপ লৌথোক্লগা খুক্লম্মী, হায়রকই, "করি মতৌ ওইরম্লবগে উমিরেদনা ইমম্মা?"

উষানা মখুৎনা মাগী মথদাং শোক্লগা চুপ্লকই। নোক্লুনা হায়রকই, "কুরিগী উদনি ইচল! অঙাংগী মশক উবদা কপ্লিংবনা শিক্লগদোরবনি! উরিক-মুংলিক বং বং থদংদুনা হুন্দোকপ্রগা নাপেন্ত কৌদুনা মশম ককহল্লিবনি; মকি-ময়োল, খোঙউপ নৌনা লৈক্লরগা শেংহন-ইমহল্লবদদা মাগী মশক য়েংবা ঙম্মী। করে, ইবেম্মখোয়না করি তৌবিরম্বগে তম্মুদনা?" অসি হায়রগা মহাক্না ক্ষেত্রমোহন্দা মুন্না য়েংলকই।

ক্ষেত্রমোহনা হায়রকই, "হাথু হাথু হায়গদবা মত্তে ইচে-বেম্মা, তপ্পা ঈংনা পুন্নমক তমগনি, হৌজিক মথক্তা কাখৎলসি, করিনো খজিক্তা হান্না পীজখো। নুংঙাইবে, গুরুভাইশিংদি মপালদা পোং ময়োম য়োমহোই, অদুবু শ্রীপ্রভুপাদ যুগল-মূর্ত্তিদি কমদৌ-বিগ্রবগে? মথক্তদি লৈরেদনা?"

উষানা নোকখোক্লগা হায়রকই, "লৈত্রে, কৌনি ভাই লৈত্রে, নবদ্বীপ থামদা লেংল্রে।"

"অহুবু অমুক হয়দি লেংলক্লরোইদনা ?"

উষানা অচুম নোককেং তৌহুনা অস্মুয়দা হায়রকই, "লেংলক্লরোই।"

ক্ষেত্রমোহননা হায়রকই, "ইচে-বেম্বা, নহাক্না মতৌ অম্মুয়া পুকর্চেল চাউর্রকনি হায়বসি ঐদি মঙদা ফাওবা থনঙমদে। ব্রহ্মচারী ব্রাহ্মণ-কুমারগী তুলসী-মালা খুংমক্না থদংপিহুনা শির্খা ককথংহন্দুনা— পুম্নমক অসি কম্নিনো হায়বিয়ুদনা ?"

উষানা নোককেং তৌনা ক্ষেত্রমোহনগী খাঙাং তমহুনা হায়রকই, "ফরবনি, বা তম্বহু কদ্নিগী হাথু হাথুক্ননি ইচেগী ইবুংঙো! তপ্না ঈংনা তমগনি। হৌজিক্তি মথক্তা কাখংলসি, ইবুংঙোখোয় চাননবা হান্না থন্না শিনখিগে।"

